# Ei Sheireng Ikhini

("I'll Keep on Writing Poetry", a poetry book in Manipuri)

ফোঙজবী : ঙাঙোম সনাহনবী লৈমা

হক : ফোঙজবী

ফংফম : রাজেশ বুক ষ্টোর, গভর্নর রোদ, ইম্ফাল
ফোঙজবীগী য়ুম অমদি অতৈ লাইরিক য়োনবা
দুকানশিং।

মশীং : ১০০০

24th Feb. 2008

মমল : লুপা ৭৫

নম্ফম : কংলা প্রিন্টর্স, গভর্নর রোদ, ইম্ফাল– ৭৯৫ ০০১।



# কচ্চবা

লাইওইশ্রবা ঐবু পোকপীরম্বা সেঞ্জম ইবোতোম্বা মৈতৈ, পাবুংনা পামজরম্বা শৈরেংগী নীংথিজরবা শৈথারোল কয়াবু করিসু খণ্ডজদ্রিবী ঐহাক্না কংলৈচা মীয়ামগী মফমদা অমদি লৈখিদ্রবা পম্মৌগী মফমদা *"ঐ শৈরেং ইখিনি"* হায়না মিংথোনবা শৈরেং লাইরিক অসি কচ্চরি।

কচ্চরিবা
সেঞ্জম নিঙোল ঙাঙোম ওংবী সনাহনবী লৈমা
চীংঙারেল।

# তেংবাংবীরকপশিং

| | |
|---|---|
| ১. ইবুধৌ পীপল | নাউরেমথোং তাকয়েনখোঙবান |
| ২. ইবোচৌ মৈতৈ | নাউরেমথোং তাকয়েনখোঙবান |
| ৩. পি. ঐস. পরিজাৎ | লমলাই (Health Minister) |
| ৪. নিংথৌখোংজম তোম্বীরাজ | উরিপোক নিংথৌখোংজম লৈকায় |
| ৫. সেঞ্জম ইবোয়াইমা | খুরাই থোঙাম লৈকাই |
| ৬. এন. জি. ডাক্টর ইন্দ্রকুমার | চাইথবী মচীন |
| ৭. ঙাঙবম ইবোতোন মৈতৈ | চীঙারেল |
| ৮. আর. কে. অমুসনা | খুরাই সাজোর লৈকাই |
| ৯. নিংথৌখোংজম তোম্বী লৈমা | কৈবী |
| ১০. লাইশ্রম প্রেমচন্দ্র | খুন্দ্রাকপম |
| ১১. শগোলশেম বোরসিং মৈতৈ | তেজপুর |
| ১২. ঙাঙোম রোমা লৈমা | চীঙারেল |
| ১৩. ব্রাংখৈরাকপম জিল্লা মৈতৈ | কংলা শঙ্গোমশঙ |
| ১৪. ব্রাংখৈরাকপম বোসন মৈতৈ | কংলা শঙ্গোমশঙ |
| ১৫. ঙাঙোম মংলেমজাও মৈতৈ | কংলা সিফাই |
| ১৬. সারুংবম নিমাই মৈতৈ | লাইরিকয়েংবম লৈকায় |
| ১৭. থাংজম রমনি দেবী | ব্রাংখৈ মৈহৌবম |
| ১৮. লাইশ্রম বোচা সিংহ | লাঙ্গোল |
| ১৯. রাধা থৌরাণী | চাইথবী লৈরক |
| ২০. চিংঙাখম তোলহল মৈতৈ | সেঞ্জম চাপ্রৌ |
| ২১. লাইরেল্লাকপম ইবোমচা | চীঙারেল |
| ২২. কামৈদুন কামসোন | মহাবলী, ইম্ফাল |

# ৱাহৈ খরদং

ঙাঙোম সনাহনবী লৈমনা ইবা *ঐ শৈরেং ইখিনি* হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসি পাবদা মীওইবগী পুক্সিদা থোকপা থৌদোক কয়া অমদি অৱা-অনা, য়াইফ-নুংঙাই, মীওইবগী পুক্সিবু শৈরেংগী লাইরিক মচা অসিনা শিরগা পোকপা মীওইবগী পুক্সিদা করি থৌদাংতবু পাঙলবা পুন্সি মহৈ য়ানগদগে হায়না থিরি। সনা-লুপা, লন-থুম, ৱাত্ত-পাদববু নুংঙাইবা পাংখক ওইব্রা হায়নসু হংলি।

মীওইবগী পুক্সিদা পোকপগী মহৈ য়ানবসে করি থৌদাং পাঙলগা, পুক্সিগী মহৈ য়ানগনি হায়বসি অইবী অসিগী শৈরেং লাইরিক অসিনা ফোঙদোক্লি। মতুং তাবদসু অসিগুম্বা সম্রাজ্যগী শক্লোন, মীওইবগী লীচৎলোন কয়াবু শীংথাদুনা ইবা শৈরেংগী লাইরিক কয়া পুথোরকপদা মপুনা থৌজানবীবা ওইরসনু।

ইরাবোৎ নিংথৌজা
সেক্রেটরি,
লৈহৌ নুংহৌ শঙলেন
পেনা লোয়শঙ, ইম্ফাল।

# থাগৎ ৱাহৈ

*ঐ শৈরেং ইখিনি* হায়না মিংথোনবা ঙাঙোম ওংবী সনাহনবী লৈমনা ইবা লাইরিক অসি লোইবা ফাওবা পাজরে। অসুক্কী মতীক নুংঙাইজে শৈরেংশিং অসি থেংনজবদা। অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা, মচল শুনা লৈতেংলবা শৈরেংতনা মপূং ফারবা লাইরিক অসি ইবিরকপগীদমক মণিপুরগী অইবা অইবী কয়াগী মরক্তগী অইবী অমা ওইরিবী সনাহনবীবু হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচরি।

মীওইবা অমগী পুন্সিদা, পুন্সিগী অৱা-অনা শিন্থা, পুন্সিগী থৌদাং কয়াবু নাথৈরগা তুংগী মীরোলগীদমক অমদি লৈবাক মীয়ামগীদমক য়েংদুনা ঐনা ঐনা ওইহন্নিংবা পুন্সিবু ওইহন্নিংবা মতম ওইহনবা খক য়াদবা, পুন্সিবু মশক তাকপা, মীওইববু মশক খঙহনবা, হিংলিঙৈ মতমদা ঐনা ঐনা তৌগদবা থৌরম্বু ফোঙদোকপা, মাঙলমচৎতা চৎনরম্বা – তুংলমচৎতা ওইরক্কদবা – মতমসিগী চৎনরিবা অথনীতিবু শৈরেংশিং অসিনা নুংলোন্দা খঙহন্দুনা থম্মোয়নুংগী মৈচাকপু শৈরেং ওইনা ইথোক্লুনা মীয়ামগী মফমদা পুথোকপীবগীদমক অইবীবু হন্না হন্না থাগৎচরি।

অসিগুম্না তুংগী মীরোলগীদমক খনবীদুনা মফম খঙদনা মাঙখিগদবা খুন্নাই অমগী য়েংবীরগা থম্মোয়বু খুদুম চনবা ঙম্বা লাইরিক কয়া কয়া পুথোরকপদা মপুনা থৌজানবা ওইসনু।

অইবীবুসু মপুগী থৌজান্না পুন্সি শাংনা মীয়ামগী থৌগল তৌবা ঙম্বা ওইবীয়ু।

অনীলকুমার

হৈরাঙ্গোইথোং শ্রেষ্ঠ

য়াঙম লৈরক, ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

ইরৈবাক ইরমদম অসিদা লৈবীরিবা লৈবীরিবী খ্বাই পূম্ববু ঙাঙোম ওংবী সনাহনবী লৈমনা অহানবমক্তদা ইকোক নোঞ্জরি।

শৈরেংগী লাইরিক অসিদা থোল্লিবা মমিং, *ঐ শৈরেং ইখিনি,* হায়বা মমিং অসি মতুং তাবদা শৈরেং কয়া অমা ইদুনা লাইরিক ওইনা পুথোকচবা ঙমজরকখিগে খঞ্জদুনা 'ঐ শৈরেং ইখিনি' হায়বা মমিংসি লাইরিকসিদা থোঞ্জবনি।

করিগীদমক শৈরেং ইরিবনো, শৈরেংনা মীওইবদা করি কান্নবা পীবগে, নুংগী অর্থ, মপানগী অর্থ, শৈরেংশিংগী ৱাহন্থোক, শন্নপ্না মীয়ামদা থমজবতনি– শৈরেং হায়বা শৈরেংগী লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারোলশিং মীওইবগী মরী লৈনবা ঙাক্তনি, করম্না লৈনরিবা মরীনো হায়বদুদি, শৈরেংনা তাক্লি পাউতাক, মীওইবা খূদিংমক্কী মফমদা, করম্না তাক্লিবা মদুদি, অইবীগী ফোঙদোক্লকপনা তাকই– শূবা তল্লবা মীওই অমদা, মীওইবা অমা ওইনা পোক্লগা শূদ্রগদি, হোৎনবা কন্দ্রবদি হিংবদা ৱাগনি, অফবা থবক তৌনিংলক্লোই, হোৎনবা কনবা হোৎনকনবা অমদা অইবীনা হায়রি হোৎনৌ হোৎনবনবু কল্লবা হোৎনজবগী হুমাংমলগী হোৎনজমল মহৈ নোংমদি শোয়দনা ফংগনি ৱাখল ময়েং তাগনু।

লল্লোনবা অমদা হায়রি অইবীগী ময়েক্লা, লল্লোনবা নঙগী লল্লোনবা লেপকনু হিংননবগী লল্লোনবনি, অদুবু পোৎশক্তুদি নঙনসু পাম্বা, ঐনসু পাম্বা মীয়াম্ন া পাম্বা ওইহল্লু, মীয়ামদা মাঙলক্কদবা পোৎতি লল্লোনগনু, জুৱার শান্নরি, শান্নরি মখৈ পেন্নাইদবা অমদা অইবনা শৈরেং ওইনা ইদুনা তাক্লি, জুৱার শান্নবনা মাঙবদি অদুক্কী মতীক মাঙবনি, তোংলকপা শেলনা নুংঙাইবদি মীকূপতুমত্তংগীনি, ফুরা দলান শানদবনি। নাপলনা মাঙ থানা চৎপা নুংঙাই য়াইফবা ঐ মঙায়রে চৎপা কনাবুসু হায়বিরি, মীওইবা মশেল চপ মান্নে, শোয়খিগদৌরবা খোঙথাংবুসু, শোয়খিগদৌরে হায়বীহৌরি। মীয়াম পূম্ববু চাওখৎপগী মায়কৈদা চৎমিন্নখ্রুসি অইবীনা হায়রি। অঙম অঙম হাৎন-শুনদুনা অঙস্বনা ঙমদুনা অশোনববু তুহৎপীবা, থৱায়বু নৈহৎপীদুনা খাঙত্থুথক্তা পুন্সি কয়া পীখম্নহনবিখিবা মতুংদা অমুক থোকহনবীরনু, ঐখোয় পুন্না নুংশি চান্ননা লৈমিন্নসি হায়বা শৈরেংসিদা অইবনা ফোঙদোকচরি। মশা মথন্তগী খনবা মীওইবা, মীওই কয়াগী ইজ্জৎ অমদি তুংগী খন্দবা নুপী অঙাং লৈরবা, অমদি মপুরোইবা মচা লৈরবীনা সমাজগী ৱাংমদা চৎলিবা লম্বী, থাংলিবা খোঙথাংবু ফৈ-

তাঙ্ককাসদা হিংবাগী মতম খরাসদা নুংশা চান্নবা হিংমিন্নস হায়না অইবীনা হায়জারি। পণ্ডদনবু শিংদ্রিনি, শিংলগবু পণ্ডখিগদ্রা— অশিংবনা অপণ্ডবদা শিংননবা তাকপীয়ু, পরা লান্নদা তাক্কুগনু, তণ্ডদু লৈতাদ্রবা পুন্সি, তণ্ডদু লৈতানা লৈবা পুন্সিমা ওইমিন্নসি, হিংলিবসে ঙসিদংগীরা হয়েং ফাওবগীরা অইবনা হংলি, কনাসু খণ্ডদে।

খণ্ডহৌদনা হৌরকপা ব্রাখলগী ঈথিল অমনা মীওইবা মশেলবু ঈখেং চাইনদুনা মপুরোইবা কায়নবগী অব্রাবা, মচা কায়নবগী মৈরী চুববু মশীং থীঙমদনা থোকহনবীরগনু হায়না অইবীনা ফোঙদোক্লি।

য়াম্না খণ্ড হৈদুনা ইজবসু নৎচদে। লৈবাক অসিদা থোক্লিবা থৌদোক ব্রাথোকশিং, তানরিবা নুংঙাইতবনা হেল্লবা পাউ-ঈ, পোকপদগীনা শিবা ফাওবগী মনুংদা তৌরোইদবা অমদি তৌদবা য়াদ্রবা, হোৎনদবা য়াররোইদবা মীওইবনা হিংবদা মরু ওইবশিংদুবু শস্লপ্না থমজবনি, লৈরাং পরেং অমা লেংবদা মচু অমত্তনা লেংবা লৈরাং পরেংসু অদুম্মক ফজে, অদুবু লৈখল কয়াগী লৈচু কয়ানা লেংবা, লৈরাং পরেংসু ফজবা মখল অমনি খঞ্জরগা লৈরাং লৈখল অমা ওইনা য়াওজবদা চন্নগদ্রা খঞ্জদুনা *ঐ শৈরেং ইখিনি* হায়বা লাইরিক অসি ইজদুনা মীয়ামদা খুদোল তমজবনি। অশোয় অঙাম য়াওরবসু, ইথক থোংবা খ্বাই পূম্বনা ঙাকপীগনি। হেন্না হায়জনিংবা ফোঙদোকচনিংবদি— ইরৈবাক ইরমদম অসিদা হিংদুনা লৈমিন্নরিবা মীওইবা খুন্নাই পূম্বা ইমা ইপা, ইচিন-ইনাও, ইচাবু নুংশিবগুম্না ঐখোয় পূম্বা নুংশি চান্নবা হিংমিন্নসি। অশাওববু লাপ্না ইনথোকখ্রগা নুংশিবনা মীপূম খুদিংগী থম্মোয়নুংদা লেঙদনা থম্নরগা অপূনবা নুংশিনবগী ঈচেল অমা মালেমদা শান্তি অমা পুরকমিন্নসি।

ঙাঙোম ওংবী সনাহনবী লৈমনা অমুকক্কা হন্না ইকোক নোঞ্জরি।

## লান্দবনা জয়নি

মচিন মনাও তরানা
মতম পূম্বদা হায়,
হে অমত্তং পোকপা
নঙনবু কৈদৌবা ঙমদোইনো
চঙজরকউ ঐখোয়গী ইরক্তা
ঐখোয়না হায়বতা য়াও।

অমত্তং পোকচবনা হায়,
তরা পোকপা ইচিন ইনাও
চঙজরকপা হায়রিসিবু করিনো
নখোয় ঐখোয় লোয়নরিবসিদি
ঙম্বা ঙমদবনা করিনো
ঐদি অমত্তা খঙদে।

মচিন মনাও তরানা
কদায়দগী খঙগনি অপঙবা
থম্মোয় শেংবা অচম্বা
নঙনা চৎলি লীচৎ
মতমসিগা চূনদে খঙলবরা
ওইদবা খরসু ঙাঙু।

অমত্তং পোকচবনা হায়,
নখোয়না ঙাঙলিবা পূম্বা
ঐদি ভাব তাদ্রে
ঐদি অচুম্বা ঙাঙগনি
অচুম্বা থবক্তবু তৌগনি
থম্মোয় শেংনা হিংগনি।

তরা পোকপনা হায়,
ঐখোয়না হায়বতা য়াও
ঐখোয়না হায়বা ইন্দ্রবদি

নঙোন্দা মীনা ফূবদা
ঐখোয়না য়েংদুনা লৈগনি
নঙগী মীচঙ চঙবীরোই।

অমত্তং পোকচবনা হায়,
মীগী মপোৎসু হূদবা
মীঙোন্দা খৎনবসু হৌজদবা
ইনাক খুনবসু কল্লকচদবা
মীগী শেলবু মিহৌরুদবা
ঐবু কনানা ফূগদোইবা।

তরা পোকপনা হায়,
খঙগনিদনা পূকচেল চাউবা
মরাল অমা পীশিনবী
খঙজ উজদবা থৌদোক
মচিন মনাওনা ফূবী
অচীকপা তাঞ্জা ঙাইরগা।

অমত্তং পোকচবনা হায়,
খঙজ উজদবা তৌজখিদবা
ঐবু করিগী ইরালনো
মচিন মনাওনা তাশিন্নদে
মীয়াম পূম্বনা চোংথোকপীরকই
ৱাগনু ঐখোয় লৈ।

## ঐদি য়াম্না কিজে

ঐদি য়াম্না কিজে
ঐচ আহি ভি মহীক হায়বদো
অখণ্ড অহে সাইন্টিষ্ট
ডোক্টর কয়ানা হায়,
নুপা নুপী মরী লৈনদ্রবা
মহীক অসি লৌনদে -।
সাইন্টিষ্টসু ওইরুদবা ঐদি
ডোক্টর অমসু ওইদবনা
মীপুম খুদিংনা হায়রিবা
মীৎনা পারুবা ব্রাহে
নানা তাবা খুদিং
অচুম্বা ওইরমগনিদি খল্লি।
অপণ্ডবা ঐগী ব্রাখলদদি
ঐচ আহি ভি পক্লবা মীওইগী
শীৎতোকখিবা থাক তিল
তীল, কাণ্ড হয়িংনচিংবা
মহীক কয়ানা তোংলুরগা
ঐচ আহি ভি পক্তবদা চীক্লুরবদা
ঐচ আহি ভি মহীক শন্দোক্লোইদ্রনে?
ঐদি য়াম্না কিজে,
মেলেরিয়ানা নারবা মীওইদা
চীক্লুবা কাণ্ড অমনা
নাদবা মীওই অমদা
চীকপদা লায়নাসি শন্দোকএদাইনে,
হায়রিবা মতৌ অসুম্না
তীল, কাণ্ড মহীকশিংনা
ঐচ আহি ভি শন্দোক্লল্লোইদ্রনে?

অদুবু চামিন্নবা থকমিন্নবা
অতৈ অমত্তদা লৌনদে
ঐচ আই ভি পোজিটিভ ওইরবা
য়েত্তুম সিরিঞ্জ তিন্নবা
মীওইদগী লৌবা ঈ
লায়নাসি নাদবা মীদা
ঈদু কাপ্পবদা লৌনৈ -।
ঐচ আই ভি পোজিটিভ ওইরবা
নুপা নুপী অনী
য়ূম্বানবগী মরী লৈনরবা
লায়না অসি শন্দোকএয়ে
অদুনদি ডোক্টরগী পাউতাক
তোয়না তাবা তারে
অকিবা চিংনবা কোক্লবা।

## মিনুংশি চেন্নসি

শান্নবা পাম্বনা শান্নবনি খল্লি
লাইরিক হৈবনা লাইরিক্তা থৱায় য়াওই
লান্মী ওইনিংবনা লান্মী ওই
জগোয় ঈশৈ পামজবনা লম্বীদুদা
অইবা পামজবনা অইবদা লুপ্পী
তলব চাবনা তলবনা হিংঙি।

হূরানবা পাম্বনা হূরানবা ওই
হূরান্দ্রবদি লৈবা হৈনদে, হূরাল্লগদা নুংঙাইজে
শুবা তন্দবনা শুরগা চায়
শুনিংদ্রবা কনানা নিরগসু চানরি
লায়রবদবুদি নিরদে, ইনাকখুনবদা নিজবনি
মীওইনা পোকপদা হোৎনবদি লেপ য়াদে
লৈতে কনা লায়রবদা পাংবীনবা।

নুমিৎ থা মশীং থীঙমদনা
চহী কয়া লীশাং শীৎনা
পাঙ্গলনা হোৎনৈ, লেপ্তুনা শুই
হোৎনবগী মহৈ, হোৎনমল মহৈ
হুমাংগী মমল, ফংফম থোকপা শেল
ইখূত্তা পায়জরে, ৱাখল খল্লক্লে
হিংবগী অর্থ, মীরক তিল্লক্লে।

অৱাববু উহৌদবা নুংঙাইবতবু উবীবা
লাকই ইনাক্তা মথং মথং
দোনেসন দোনেসন মতেং মতেং
ঐদি হাপনিংদে, হাপ্তুবা য়াদে
মীয়ামগী থবক অরুবা অমনি
চৎনবীনি মতমসিগী ঐসু হাপ্লগে
লায়রববু নুংশিয়ু, লায়রবদা তেংবাংঙু।

মতেং ইতেং, লায়র-ইনাকখুনবা
চপ মান্নে, মী মশেলনি
কনানা কনানো, ঐখোয় অমত্তনি
কুচুদনি খেন্নবা, ঈদি মচু হোংদে
ইমানি ইপানি, ইচিন ইনাও ঙাক্তনি
মচিন মৌপ্পানি, ইবুং ইপ্পা ঙাক্তনি
মিনুংশি চেন্নসি, নুংশি চান্নসি।

করিগী হূরাল্লিবা, পাউখুমদি মাগীনি
লম্বী তাক্লবা, করিগী শেরান্নগনি
করিগী ঙাওরিবা, অঙম্বদা হংঙু
মফমদুদা কৈদৌরিনো, উপায় থিরিনি
করি উপায়নো, হিংবগী উপায়
মদু নংত্রদি লৈত্রবরা অঙম্বনা পীবিরে
ঙমদ্রে ঐসু, নখোয় য়াম্মনব্রদনা।

## দাবী

দাবী, দাবী, দাবী
তানখ্রবা দাবীনি নখোয়গী
ঐ খাঙবা ঙমদ্রে
পীরি মখৈ হরাওবা
পীদ্রে ঐবু মশাওবা।

হায়রি মখৈ পীগদবনি
ঐখোয়গী অপাম্বা ফংহল্লু
ঐখোয়গী নীংবা থুংহল্লু,
নীং থুংববু কনা লৈবগেনে
লাই, মিনিষ্টর ফাওবা নীং থুংদে।

হায়শিন্নগনু হায়শিন্নবা য়ারোই
চানিংবদা চাবা অঙম্বনি
মাগীবু নীং থুংদবা লৈবরনে
হে অঙাং অপঙবশা
নখোয়না করি খঙডি ?

খঙডি লোইনা খঙডি
ঐখোয়না মিনিষ্টর ওইরবা
লৈবাকসে সুম্মাইনা ৰারোই
হীরম হীরম খৃদিংদা
পূম্নমক মপূং ফাহন্নি।

হায়বদবু ইরায় লাইবনি
থবক্তদি হেক্তা লুবনি
নখোয়না খল্লি ' বু ফাগীরা
নখোয়দা জ্ঞান তাউ
লৈবাক অসি ঈংননবা।

লৈবাক ঈংগেরা শাগেরা
ঐখোয় শুকখঙ খঙদে
ঐখোয়গী দাবী পীগদবনি

মপী মপা ওইবদা
হায়ফম থোকপগী হায়বনি।

চয়াম পোক্লুবা ঐসে
মপী মপা ওইরুবগী
দশা হায়বদু ওইরমানে
লব্রাই অতাঙবা অসিদা
লেন ময়াম তারকএ।

## কৈরাং

কৈরাং কৈরাং কৈরাং
তু আদা লাকএ,
অৰাংবা চীংথক্তগী কূমথরকএ
কৈরাং ময়াম লাকএ।

নচা নশূ চেকশিন্নরো
য়ূমদগী মপান থোকহল্লনু
য়ূমদগী মপানবু থোকহনখ্রবা
শেৎ শেৎতুনা চাখ্রদবনি।

শাহীং চাবগী যুগনি
ঈ থকপগী যুগনি
অঙম অঙম্বা শেৎনরবা
অঙম্বগী যুগনি অঙম্বগী।

অচুম অরান খঙশিন্নদবা
শাহীং চাবনে খঙঙি
অদুবু সুমহায়না সুম
কয়াম কুইনা লৈখিদোইনো।

কৈরাং হায়বসিদি কৈরাংনিদো
উবতদা ইকপ্লাক নীকই
করিসু হায়রুবা নত্তে
করিসু লানখিবা লৈতে।

ঐখোয়দি মীওইবা জীবনিনা
নোংমগী চত্তবসু য়াদে
কৈরাংশিংসিনদি ঙাইহরি ঐখোয়বু
ঐখোয় হৌজিক কৈদৌসিগে।

কিরিবনি হায়দুনা ইকপ্লাক নীকুমসি
কৈরাংশিং উবদা চেনগুমসি
মফম মরাং খঙদনা চেল্লবা
কৈরাংশিংনা অদুম চীক্লদবনি।

## মৈতৈ লৈবাক

মৈতৈ লৈবাক, মৈতৈ লৈবাক
ময়াংগী লৈবাকসু ওইবা
মৈতৈ লৈবাকপু ওইরিবরা
ময়াং লৈবাকপু ওইরিবরা।

ঐসু হায়ফম খঙদ্রে
অনীমক লোইনা হায়নিংঙি
অনীমক হায়বসু চান্নরোইদবনিনা
ময়ান তুয়ান হায়রগে।

মৈতৈ লৈবাক্কী মৈতৈদি
য়াম্না ফবনি হায়নৈ
থাগৎল থাগৎলা তিকি
তিকি পীজৈ থোক্কনিকো।

থাগৎ ব্রাহে ফংজবদি
ঐদংনা ফংজগে ফংবা নত্তেদো
ময়াম্না ফংসি হায়বগীদমক
পূক ফমিন্নবগী ফংমিন্নবনি।

মতুং মতুং তাবদসু
ঙসিগীসিদং নত্তনা ফংঙকখিনি
করি করিনো হায়বদুদি
ঐসু অমত্তা খঙজদ্রি।

খঙদবা ঐনা খঙদ্রবসু
নখোয়দি শোয়দনা খঙলমগনি
লাইরিক লাইশু হৈবনিনা
তুংদা লাক্কদবা ফল।

অপঙবা ঐদি থাজ ঙমদে
অফবা ফল লাক্কনি
ব্রাখল মুন্না খম্মমিন্নহৌসি
তুংদা লাক্কদবা ফলগীদমক।

## ঐ শৈরেং ইখিনি

ঐ শৈরেং ইখিনি
ঐবু খামগনুনে অখাম্বা
শৈরেং ইদবা য়াদবনি
শৈরেংদি মীওইবগা মরীনি।

শৈরেংনা শারেং ওন্দ্রবসু
শৈরেং লৈতবা য়াদবনি
হিংবদা মচল অমনি
অহোংঙবা মচলসু ওইদে।

পঙইদা ইবসু ইনদে
অইবতনা ইবনি শৈরেং
ইরিবা ৱাহৈ খূদিংমক
হিংবগা মরী লৈনবনি।

শৈরেংনা তাক্লি পাউতাক
মীওইবা খূদিংগী মফমদা
করম্মা তাক্লিবা মদু দি
অইবগী ফোংদোরকপনা তাকই।

মমিং অমমম থোনগনি
মমিং অদুগী মতুংদা
অফবগীনা অফবগী হায়রক্কনি
ফত্তবগীনা ফননবা তাক্কক্কনি।

মমিং মমিংগী মতুংইন্না
পোকপদগীনা শিবা ফাওবগী
মীওইবগী হিংবদা মরু ওইরিবা
শৈরেংনা ঙস্বমখৈ তাক্লি।

অপঙবা কয়াবু শিংহল্লি
খঙদবা কয়াবু খঙহল্লি
উদবা কয়াবু উমিন্নরি
থিজিল্লুদ্রবা কয়াবু থিজিনমিন্নরি।

অশাওবগী পূক্লিংবু ফাথরি
পেন্দবগী ঈহৌবু খাল্লি
শোয়রক্কদববু শোয়রক্লনি তাক্লি
মাঙলক্কদৌরববু মাঙলনি খঙহল্লি।

অমম্বদা চৎখিগদববু তাক্লি
শৈরেংনা অঙানবগী লম্বী,
ফৎত্রবগী ঈরোন্নুংদা লূপখিগদৌরবা
লূপথখিগদৌরববু শৈরেংনা খাল্লি।

ঐ শৈরেং ইখিনি
ঐবু খামগনুনে অখাম্বা
শৈরেং ইদবা য়াদবনি
শৈরেংদি মীওইবগা মরীনি।

# পেসেঞ্জর গাড়ীগী নুংঙাইবা

পেসেঞ্জর গাড়ীগী নুংঙাইবা
নুংঙাইবগী নুংঙাইবা ঙাক্তনি
অৱাৎপা হায়ববু লৈতে
ৱাৎতবনা শরুক হেঞ্জিল্লকপসিদা।

মখল মথেলগী খেন্নবা
খেন্নবা কয়ামরুম লৈরক্লি
খেন্নবশিং অদুদি হায়জগে
অপঙবনা চুম্না ফোঙদোকচবনি।

অহল ওইরবা লাইন-বস
ইহান হানবা ওইনা
মীয়ামগী সেবা তৌজরকখি
মতম কুইনা শাংনা।

খীত্তং লৈথরকপা কেন্টর
অদুম্মক সেবা য়াওজরকই
য়ারি মখৈসু য়াঙই
য়াঙনা য়াঙনা থৌজরকপনি।

পাখঙ মপূং ফারকপা
টেক্সি জীপসু য়াওজরকই
থাজদনা অদুম্মক পাঙজৈ
মীয়ামগী মতেং সেবা।

ময়ামশিংসিগী মনুংদা অখন্ননা
ওক্টো আর.ঈ য়াওজরকখি
ঈংনা তপ্পা ইহা হাদনা
লিরি লিরি চেঞ্জবনি।

অদুবু মতম কুইনা
চহী কয়া কান্নরগা
অনৌবা দিজাইন অনৌবা
অমা থোক্লকএ ঙসিদি।

চপ চপ মান্নবা
মান্নবা ওক্টো কয়া
পীক্লবা মণিপুর অসিদা
মীয়ামগী সেবা তুংইল্লক্লি।

থাগৎনিংঙাই, হরাওনিংঙাই, চাউথোকচনিংঙাইনি
মীয়ামগীদমক খ্বাইদগী য়াইফবনি
পীক্লবা ইরমদম মণিপুর
লমদমসিগী মপূংফাবা অমনি।

অদুবু নীংথিনা শেমদ্রবা
ইম্ফাল শহর মনুংগী
লম্বীগী ওইরিবা ফীভমসিদা
নাতৈ অমদি চাদ্রে।

নাতৈ চাদ্রবা লম্বীশিংসিদা
ওক্টোগী ওক্টোনা থনগ্রে
ওক্টোনা লম্বী মেল্লে
খুনীং খূমাঙ নেৎনরে।

মৈখেৎ উপু লৈবগুম
মহে মহে লৈনরে
লৈদবসু য়াদবনি পুথোক্লক্লবদা
মীয়ামগীদমক চেন্দবসু য়াদবনি।

মচা অচৌবা মশীং থীঙমদনা
পৃক পৃক শৌরক্লবসিদা
খোঙ লম্বীনা মখাদা
গাড়ীনা মথক্তা চেল্লবদি।

## পুন্সিসে লীলা অমনি

পুন্সিসে লীলা অমনি
অইবনা ইদুনা পুথোকপগুম
ঈশ্বরনা পুথোকপীরম্বা লীলা'মনি
তাইবং মীওইবা ঐখোয়সে।
অমুক কপ্পা অমুকসু নোকপা
কপ্পগা নোকপগা মচিন মনাওনি
অমুক ৱাবা, অমুক নুংঙাইবা
অৱা নুংঙাই মচিন মনাওনি।
ঙসি শিগনি
হয়েং শিগনি
হোরেন কৈদৌগনি খঙঙমদে
হৌজিক থোক্কদবা উফংদে।
শিবা চঙবা তমঙমদে
অনীমক্কী মরক্তা লৈরিবনি
পুন্সি হায়বসে শাংঙি
খঙহৌদনসু অমুক তেনশিল্লি।
তেল্লবা পুন্সিগী তাঙ্কসিদা
হরাও তয়াম্লা নোকমিন্নসি
অৱা পোৎলুম পুমিন্নসি
নুংঙাইবগী চাকথুং য়েন্নমিন্নসি।
পুমিন্নবা য়াংবনি, চামিন্নবা হাউবনি
মৈহৌরোলগী ৱাহল্লোক্কি কাউগুমসি
ৱাহল্লোক অসিবু কাউদ্রিমখে
মতম পুম্বদা নুংশিনগনি।
অপঙ অশিং খায়নগুমসি
লায়র-অনং খন্দোক্লগুমসি
হিংমিন্নসি চৎমিন্নসি পূন্না
পুন্সিসে লীলা অমনি।

## হোৎনবা

হোৎনবা হায়বা হোৎনবা
মীওইবা ঐখোয়গীদি অহানবদা
ৱাখলনা মাঙ থাগনি
ৱাখলনা লম্বী থিগনি।

অদুবু খল্লিবনি ঐ, শৃদনা
অদুম্মক খনবদংনদি য়াদে
খনবখক্তনা থবক ওইদে
থবক্তি হোৎনরবতদা ওইগনি।

হোৎনবা হায়বসি য়াওদ্রবা
থবক অমত্তা ওইদে
অনীংবা, নীংবা হায়বসি
নীংলগদং পল্লুং য়ৌদে।

য়ৌদে হায়বগী মরমদি
চেনবা য়াওদবনিনা য়ৌদে
হিংননবগী পুন্সি খোঙচত্তা
খোঙ খুৎনা পাঙ্গলনি।

খোঙনা চৎকদবনি ঙল্লিবমখৈ
খুৎনা শীনগদবনি খুদিংমক
তূমদুনতা লৈবনা অপঙবগীনি
ফমদুনতা লৈথোকপনা শূনিংদবগীনি।

য়া লাওনা কাথোকসি
অদুম কাদুনা লৈথোকসি
নুংশিৎ নত্তনা চঙলক্লোই
নুংশিত্তি চাবা য়াদবনি।

নোং ফুং ঙানবদগী
হোরেন নুমিৎ তাবফাও
সোরোক চৎপা মশীং থীয়ু
নঙগী অৱাৎপা পীরম্লা য়েংসি।

## লল্লোনবা

হে লল্লোনবা লল্লোনবালা
লেপকনু নঙগী লল্লোনবা
য়োল্লিবা পোৎশক্কুদা চুমহল্লু
মীয়াম পূম্বনা শীজিন্নবা য়াহল্লু।
শীজিন্নবা পোৎতি ওইবা
অঙাং অহল পূম্বা
পূম্নমক্না শীজিন্নবদি য়াদবা
য়াদবা পোৎশক্কুদি লল্লোনগনু।
য়াদবা পোৎশকপু লল্লোনবা
নঙগীসু মীয়ামগীসু অমাঙবনি
অমাঙবগী অমাঙবদি তৌ'হৌনদে
পাপকী মশক্কি পাপনি।
হৌজিক্তা উং হায়রগা
হোরেন অমা তৌগনু
নশা নথন্তগী খনগনু
মীয়ামগীসু খরা খন্থৌ।
মীচা অমা শিবদা
নচা অমা শিগনি
মীচা শিসনু খল্লগা
ইচা শিরে হায়দুনি।
ঐসু খঙদেদা লল্লোনবা
মীনা হায়নবগী হায়বনি
থোকপদি অদুম্মক থোক্লবজাৎনিদা
মৈহৌরোলগী অহলগী পাউরৌসে।
শাউগনুকো লল্লোনবা নঙ
কনা নত্তেগী হায়বনি
ইচিন ইনাও ওইবগী তান্নমিন্নবনি
হে লল্লোনবা লল্লোনবালা।

## অউবনা ইকায়জৈ

তরাগী মথেল চাবী
সনাগী কোনুংদা লৈবী
অৱাৎ অপা লৈত্রে
ঐদি নুংঙাইরবনি খঞ্জবী
খঞ্জবী মহাক অদুনা
চোইরোল অমুক-মুক লোল্লকই
য়ামখ্রবা চোইরোল ঙাক্তনি
অউবনা ইকায়জৈ, অতাবনা নোক্লিংঙেদুনি।
সনা কোনুংদুগী থংনবদা
লুখ্রাবী মমা মচাশিংগী
মতমসিদা হায়রগদি চান্নদ্রবা
খাংপোকশঙগুম্বা অমা লৈ।
খাংপোকশঙগী অকোয়বদা খঞ্জবীদুনা
কোয়না কোয়না য়েংশিঞ্জে
কনানা করি তৌরি
কদায়দা করি শোয়রজাৎনো।
লুখ্রাবী মমা মচাশিংদু
অরেবা খীত্তং চারবসু
ৱা ৱা নোকমিন্নে
অৱা অনা কাউথোকচৈ।
খুনোক্কী খোঞ্জেল তাবদা
খঞ্জবী মহাক অদুনা
থম্মোয় লাইমন কাঙলক্তুনা
ওনশিন্দুনা পঙাঙদা ঙাঙই।
লুখ্রাবী মমা মচাশিংদুদি
খঞ্জবীদুনা ঙাঙবা তাবদা
মচা মশুদনি ঙাঙলিসে
ইফ-ফনা খন্দোর্কই।

লুপ্তাবী মমা মচাশিংনা
অৱা হুইদোম লাংলবা
খঙ্বী মহাক অদুনা
থম্মোয় পেন্না নোকচৈ।

মহাক্কী পেন্নোকপু তাবদা
অউবনা ইকায়জে, অতাবনা নোক্লিংঙেদুনি
নাদা নাচোম থেৎ
প্রমানগী বাশোক শকখৎলকই।

প্রমানগী বাশোক লোইশিল্লকপদা
ইখঙ খঙহৌদনা লেকথরকখি
চোইরোল লোনবগী ৱাজবনে
বাশোক শকখায়বগী ৱাজবনে।

অদুবু থোইদোকপদি তৌদে
তরাগী মথেল চাবীনিনা
ৱাৎতবা কাদগী লৌথোক্লগা
মতমসিগী ফননবা লায়েংঙি।

লুপ্তাবী মমা মচাশিং
মতম পূম্বদা খল্লি
অনা অয়েক য়াওজরোই
ঐখোয়দা লাল্লকপদি মশরুক্লি।

## নৈহৎপীরবা থৱায়

হে নৈহৎপীরবা থৱায়
থৱায় নঙবু অশোনবা
শোল্লনু নঙবু কৈদৌবগে
খীত্তদি কনখৎলু কৈদৌবগে।
থৱায় নঙনা শোন্থত্নবদি
থৱায় মচাশিং কমদৌনি
অদুবুনে সিমত্তংদি হায়জগে
মুন্না ৱাখল তৌবীয়ুকো।
থৱায় নঙনা কনখৎলকপদা
তোল্লবা থৱায়শিংগী খনবীরকউ
মওং চাদ্রবা থৱায়শিং
মিনুংশিগী মীৎয়েং য়েংবীরকউনে।
থৱায় নঙনা থৱায়মচাশিংগী
করিগুম্বা অমত্তা খনবীদ্রবা
থৱায় নঙবু ৱারৌরক্কনি
থম্লক্কনি পেন্দবা অমসু।
থৱায় নঙননে থৱায়
তোল্লবা থৱায়শিংগীদমক লেপ্লবা
তোল্লবা থৱায়শিংনসু লেপ্লক্কনি
থৱায় নঙগীদমক হায়দনা।
নতেং ইতেং পাংনসি
নপাং ইপাং তাংনসি
অপূনবনা পাঙ্গলনি হায়নবদো
কাউনগুমসিকো থৱায়, নীংশিংনসিকো।
নীংশিংবা হায়বা নীংশিংবা
ঈশ্বরনি হায়না খন্দুনা
থম্মোয়নুংদা নীংশিংনসি নীংনসি
ঈশ্বর নীংজবগুম, কাউগুমসি।

## জুব্রার

জুব্রার জুব্রার জুব্রার
শান্নরি মখৈ পেন্নাইদবা,
থারি মখৈ লোইনাইদবা
অকনবা নুংশিৎকী শন্থুম্নি।
শাহুমসিগী মাঙদবু লেপ্পুরবা
নুপা নুপী অদো
মফম মরাঙ খঙদনা
অদুম কোইপাই পাইরদবনি।
জুব্রারদা তোংবা শেলদি
পৈশা ওইনা থারুনু
জুব্রারদা মাঙবদি মাঙবনিহে
ইশা পূম্বা মাঙবনি।
জুব্রারদা তোংলকপা শেলনা
ফুরা দলান শানদবনি
জুব্রারদা মাঙবগী শরুক্তি
অদুকী মতীক মাঙবনি।
এঙ্খাংগী মহাও খঙলক্লোই
খঙলক্লোইদবগী মরমদি মাঙখিবদুনা
তোংলকপা শেলগী নুংঙাইবদি
মীকৃপতুমতংনি নীনি শুদবনি।
অপঙবা ঐনা হায়বসে
থাজদবা তৌগনু পাউরৌনি
তৌবমখৈ তৌরক্লবনি অপঙবনা
কান্নদে মাঙলগা তোকই।
খঙহৌদবনি মথং মথং
চংখিবনি শং শং
অকনবা নুংশিৎকী শন্থুমদুদা
পাইখিবনি য়ূম ইঙ্খোলসু।

ঈংনা চীক্লা লৈরম্বা
অরাঙবা ইমুং ওইরকপনি
অমগা অমগা তান্নরক্তবনি
শাউগৎনবগী মচাক ওইরকপনি।

ইমুং মহী লাওবনি
ঈশিংগা থাউগা চাংদম্নরকপনি
অফ-ফত্ত ৱাতান্নরকপা
জুৱার শান্নবতনা মচুম্বনি।

উপায় লৈরক্ত মমৈথংদা
জ্ঞান অমা তারকপনি
জ্ঞান তারকপা মীকৃপতা
চংখো ভারদা হায়রকপনি।

# লোইনাইররোইদবা থৌদোক

লোইনাইররোইদবা থৌদোক
থৌদোক কয়া কয়া
থোক্লকখিগনি লেপ্তনা
অমা লোইখ্রগা
অমা লাক্কনি
চেনা'মা থূপচিনখিগনি
চেনা'মা হাংদোরক্কনি
ঙানুগা খোঙবালগা
ঙাগা ঈশিংগা
তংনবা য়াদে
থানবা ঙমদে
লাপ্পবা য়ারোই
মরী লৈনৈ
লৈনৈ হায়দুনি
কমদৌসিগে হা।

অপঙবা ঐসু
খঙবদি খঙদে
থোকহন্নিংদে অমত্তা
মান্নদবা থৌদোক
তানীংদে ব্বারী
ব্বাথোকশিংগী পাউ
মথং মথং
থোক্লক্লিবা খূদিং
উরুরবনিনা নুংঙাইতে
নুংঙাইত্রবনিনা খল্লকই
মওন মওন
তাহৈদববু তারবনিনা
থস্মোয়দা ইহুল্লকই

## ঋারুনু

লৈতে হায়বগী ঋারুনু
লৈরে হায়বগীসু হৱাওরুনু
অরৈবসু লৈতবগা মান্নরবনি
খেন্নবা অমা লৈরক্কবনি।

অরৈবনা লৈজবগী পৈশিঞ্জবা
পৈশিনফম চারবা মতমদা
অমা অদুম লাকপনি
হোন্তোক হোঞ্জিনগী অমদো।

লৈতবনা লৈতবনিনা পৈশিনঙমদে
পৈশিনঙমদবগীসু পৈশিনবীগে হায়রদে
অদুবু করিসু কায়দে
লৈতবদগী হোন্তোক্লদবনিনা অমদুনা।

অদুবু কনামনা খল্লি
ঐ অমুক্তা নুংঙাইজগে
ঐনবু নুংঙাইবা ফংজরবা
ঐঙোন্দগী হোন্তোক্লরো লাউ।

তনবদগী তনবনা লোইরবা
খল্লু খল্লুবদা থীরবা
অথীবনদি পৈশিন্নিংদ্রে অমত্তা
হোনবা লাক্কনি কিজবদগী।

নে মদুসু অমরোমদা
পৈশিনবগী ঋাজবসু নথন্তা
পাঙবীনবদি কনা য়াওদা
অদুম তনবা তাবনি।

খঞ্জিল্লুরনুসে করিগুম্বা অমত্তা
লৈতা য়াদবদগী লৈরবনিনা
হোন্দা য়াদবগী হোল্লরবনি
মসিনি মীওইবগী হিংমিন্নবা।

## চেকশিল্লু

চেকশিল্লু মমা মপাশা
চেকশিনবতনা শোয়দনবগী উপায়নি
শোয়বু শোয়খ্রবা মাঙজবে
অমুক হঞ্জিল্লকপা য়াদবনি।
থায়নগী চুরাম্থাবা
চুরাম্থাবা চুবাম্থাবা হায়নবদো
মরক অমা তাখিদ্রবদো
হৌজিক অমুক থোক্লকএয়ে।
নহান মখৈ কুইহ্না
মশক উকদবা তাখিদবদি
মচা ময়াম পোক্লবমাল্লে
মচাশিংদু লোইনা থোক্লকএ।
যামসু য়ামখ্রবা মচানিদা
অমা অনীদংগা নত্তে
নখোয় খঙব্রা তাব্রা
ঐদি মমিংসি সুক্তা তাদে।
লাক্লা ফানা ঙমদ্রবা
ফানা পুন্না য়াদ্রবা
চুবাম্থাবগী মচাশিং অদুনা
অঙাং সনা থংলেয়ে।
থংপগী মথৌদি নত্তবনি
মথৌ নত্তববু খঙলবদি
থংখিদ্রবদো অঙাংগী সনা
শা তঙ্খায় মী তঙ্খায় য়ান্নবননি।
তঙ্খায় য়ান্নবনিনা থংঙল্লিবনি
পীক্লিবা অঙাংবু হাংকনু
মিনুংশি চেন্দনা হাংলবদি
নখোয়শু চৈরাক ফং'তাবনি।

মায়কৈ মায়কৈ খূদিংদা
মফম মফম খূদিংদা
চুরাম্বাবগী মচাশিং চৎলেয়ে
ঐখোয় হৌজিক কৈদৌসিগে?

অঙাং লৈবা লৈতবা
য়ূমথোং য়ূমথোং খূদিংগী
অহল লমন থোরক্লো
ঐখোয় ময়াম পূনশিল্লসি।

ভূমিন্না লৈথোকপা য়াদ্রে
খন্নগদবমত্তং খন্না তান্নরসি
চুরাম্বাবগী মচাশিং লৈহল্লগুমসি
মরূ ফৃক্লা মাঙহনখ্রসি।

অকি তুজুং পোক্লবা
অকি অখংনা থূক্কৎলবা
পীক্লিবা ঐখোয়গী অঙাংশিং
হরাও তয়াম্লা লৈহল্লসি।

চেন্না চোংনা শান্নহল্লসি
অকিবগী মমি মূথুৎপীরসি
অঙাংগী পুন্সি মাঙহনগুমসি
চেকশিল্লু মমা মপাশা।

## মতমসিনা নত্তে মীশিংসিননি

মতমসিনা নত্তে মীশিংসিননি
মতমসিদি য়াম্না ফগ্রেনা
নুংশা অদুম শাজরি
নোংসু অদুম চুই।
নুংশিৎ শীৎফম থোকপা শীৎলি
উনাসু অদুম কেল্লি
অশঙ অমান হৌরি
বসন্ত য়েন্নীংথা লাক্লি।
মহৌশা লাইরেম্বীগী খূৎশেম
চপ মান্নবা থম্বীরি
মান্নদবা হায়ববু মীশিংনি
অমগা অমগা মান্নরক্তে।
নুংশিনবা য়াম্না ৱাংনৈ
অমগা অমগা নুংশিনদে
নুংশিনরিবা হায়ববু পাখঙ লৈশাবীতনি
পাখঙ লৈশাবীসু কায়নবতনা হেল্লি।
মসিগী ৱাদি তোকখ্রসি
নুপা অমনফাও ঙল্লক্তে
অমম-অথেঙদা চৎপা
থেংনরদবোইতা নীংই অমদো।
অয়ূক নুংথিল নুমিদাং
মতম্মু মাঙহন্নবা পান্মুজবা
থবক্তা চীলহাও থিদবা
শূবগী ময়েং হন্থরক্তে।
শূমিন্নসি চামিন্নসি নুংঙাইমিন্নসি
লম্বী লমখাঙদা তম্মরক্কনু
তম্মরাই নখোয় কিবদা
হিংবগী উপায় ৱাংশল্লকই।

# চেনখৎমিন্নসি

চেনখৎমিন্নসি কন্না কন্না
চাওখৎপগী লম্বী অসোমদা
চাওখৎপা মখল য়াম্মী
অপাম অপাম্বদা চেনখৎমিন্নসি।

তুং থংহৌবা কনাসু
মাঙ থনবা চেনখৎলকউ
চাওখৎপগী লমজেলদি চেনগদগবনি
চেনবা লেপত্রিমখৈ চাওখৎলক্কনি।

ঐখোয়গী পীক্লবা লৈবাক
সনা লৈবাক মণিপুর
অতাঙবা সনা ওইহনসি
মচু ফজহনসি সনাগী।

লৈবাক লৈবাক খুদিংগী
মীতোপ মীরমচানা লাকপদা
ফজশ্রেদা মণিপুরসে হায়হনসি
য়েংবগী পেনবা নাইহনগুমসি।

হেন্নদুম মিংচৎ লৈহনসি
থাগৎহনসি ঐখোয়গী লৈবাকপু
হোৎনবা কনবনি তাকসি
থৌনা লৈবনি খঙহনসি।

চাং মান্ননা চেনখৎমিন্নদ্রবা
লিংজেল মান্নদে হায়ননি
পূকচেল খোয়জেল তিন্নদ্রবা
অপঙবা ঙাক্তনি নোক্লখিনি।

পোখাবা হায়বা কাউথোক্লগা
মাঙজীল থানা চেনখৎমিন্নরসি
পম্বুং যৌরবা মতমখক্তদা
ঈংনা চীক্লা পোখামিন্নরসি।

# গাড়ীৱালা

গাড়ীৱালা গাড়ীৱালা গাড়ীৱালা
কন্না থৌবীগনু গাড়ীৱালা
থৱায়দি য়াম্না কিজৈ
পাখৎ মিপাইজৈ থৱায়দি।

মফম য়ৌনা থিনবীগদৌরিবা
গাড়ীৱালা গাড়ীৱালানা শোয়বা য়াদে
শোইবু শোয়খ্রবা হনবা য়ারোই
ঐখোয়গী থৱায় তমঙমদে।

যৌনিংবা মফমদা য়ৌহন'ঙম্বা
থিনবিয়ু হায়বদা থিনবীবা
থৱায় কয়াবু পুবীরিবা
থৱায় হোনবা গাড়ীৱালা।

নঙোন্দা পুম্নমক লৈরবনি
শোয়হনগে শোয়হল্লোই হায়বা
ঐখোয়না লেপচবা ঙমদেদো
গাড়ীৱালানা লেপ্লীগদবা লাইবক্লি।

কন্না কন্না থৌবা
য়াঙনা য়াঙনা চেনবা
মনা পীগে ঙাইরমদেদো
তপ্না তপ্না থৌনে।

থৱায় ময়াম্না হায়জবা
হায়জবা ৱাহৈবু তাবীদা
অতিয়াদা এরোপ্লেন পাইবগুম
পাইনা পাইনা থৌরবা।

শোয়দ্রে শোয়দ্রে গাড়ীৱালা
হায়নবদো শোয়দনা থোক্লরনি
জ্ঞানমেন মাঙনরনি মঙগুম
গাড়ীৱালা গাড়ীৱালা গাড়ীৱালা।

## লৈকোল ওইরমদ্রে মফমসিদি

লৈকোল ওইরমদ্রে মফমসিদি
মহৌশাগা মান্নরমদ্রে মফমসিদি
পূংওল ওনখ্রে ওল্লেদা
পাইমা পূক্লিং নুংশিরকই।
ইহাঙ হাঙনা হাঙলম্বা
লন্তক লন্তক হৌবা
অখন্নবা লৈরাংতমক হৌরম্বা
অদুঙেগী মহৌশাগীদো নৎলমদ্রে।
ইস! মসিদি করিনোনে
মওং অমা তৌইনা
মান্নিনহে মান্নিনহে মান্নিদনা
ফূরাগী ফূরা ঙাক্তনিদনা।
সোম নাকলগী ফূরাশিং
ফূরাশিংসি অহীংবগী ফূরানি
মতৌ করম্মা শেমখিবনো
কুইনা য়েংশিল্লুদবনা খঙহৌদ্রেদো।
মাঙলোমদগী ফূরাশিংসিনা কমদৌনা
ও! মসিদি অশেঙবনি
পুক্সি তাঙ্কক লোইজবগী
অশিবা অশেঙবগী ফূরানি।
মনীং থংবা ফূরাশিং
নখোয়না করম্মা মফমসিদা
খঙলে খঙলে নীংশিংঙে
ফূরা ওইনিংবগী ওইরেদুরা।
মথং মথং লোংথোক্লকদুনা
ফূরা ময়াম শাহল্লনু
মহৌশা লাইরেম্বী লৈফম লৈররোই
লৈকোল ওইরমদ্রে মসিসিদি।

## লায়নানা এটেক তৌরক্কে

লায়নানা এটেক তৌরক্কে
অকনবা লায়নাগী এটেকনি
তৌরক্কনু হায়বসু ময়াদে
তৌরক্কদৌরে খল্লুরবসু মতৌরক্তে।
কাল্লে ফূ কান্দ্রে ফূ
চপ মান্নরে হায়দুনি
কদোমদগী লাকখিবা লায়ানানো
করম্না ওইরকখিবা লায়ওংনো।
অখণ্ড অহৈনা তাক্লি
খণ্ডবা য়াবসু খণ্ডজরে
অদুবু খণ্ডনা খণ্ডনা
হেক্তা মনাবকই লায়না।
নারকই হায়বা খণ্ডলবদংদা
লায়েংবগী মতমদি হেন্দোক্লম্বা
উপায় শুক্লে লৈতবা
মদুগুম্বা লায়নাসিনি তঞ্জরিবা।
শিগনি হায়বা কাউথোকওম্বা
কাউথোক্লিবা ব্রাখলদুবুসু থাগৎনিংঙাইনি
অদুবুনে হায়নিংবদি অকনবা
মীওইবসে অমর নত্তেকো।
হিংলিবনি হায়দনা হিংলিবসে
মতম নত্তে মীকূপ,
মীকূপ খরদংগী ওইনা হিংলিবনি
ব্রাখল মুন্না খম্থমিন্নসি।
তেল্লবা পুন্সি তাঙ্ককসিদগী
নুংশি চান্নবা হিংমিন্নসি
শিরবা মতমদা লাইরৈবাক য়ৌওম্নবা
লায়নানা এটেক তৌরক্কে।

# পঙদনবু শিংদ্রিনি

পঙদনবু শিংদ্রিনি, শিংলগবু পঙখিদ্রা
অপঙবনা পঙই, পঙই খঙজদে
অশিংবা, অশিংবত্তনা শিংই খঙজৈ
খঙদবসে খঙদবনি, পঙবসে পঙবনি।

অপঙববু শিংহল্লু, শিংননবা তাকপীয়ু
পাড়া লান্নদা তাকপীরুনু অপঙবদা
থোৎনা পেৎপা লৈখোমগী মশক্কি
শেম্মিংবা মওংদা শেম্বা য়ানরিবনি।

করম্বা পোৎশক, করি মওঙ
অপাম্বা অমা, ওইহনবা য়াবনি
মৈ শাই খঙদদুনা পাইশিল্লিবনি
কাখৎপা ঙম্লোই খঙদদুনা চোংথরিবনি।

চীনবানদনা মহাও'মা পূক্রুংদনা হূ
হূ ওল্লকই খঙলগবু চাগদ্রা
খঙনা খঙনা চারবা অচাবদুদি
অশিংবনা অসুম অসুম তম্বীখিবগীনি।

শেৎলিবা চারিবা শীজিন্নরিবা পোৎশকশিং
অপঙবা অমত্তনা, ঙসিফাও পুথোরক্তে
হেন্ননা খঙনববা, খঙনরবা ঙাক্তনি
মশক মমিং পল্লুদনা কৈদৌরুনি।

তম্বীবা ওজা অদু হায়নবদো
হায়নবগী মতুংইন্না হেক্তা খঙনরকপনি
খঙদবা য়ারক্লোই, খঙলবনিনা থিনরকখিনি
অশিংবা হায়বসে লেম্মা মাঙ'য়াদবনি।

অতৈ অতৈ মরমগী নত্তেদা
নশক নতৌ য়েংনিংবগী থিরক্লোই
তাকপী তম্বীবা তম্বীবা হৈরুবগী
মনা— চেক মনানা তান্নরক্কদবনিদা।

## তিংকোং কাংকোং

তিংকোং — কাংকোং
মখা — কদোম
অরাং — কদায়
পাইফম — লৈত্রে।

মায়কৈ — মরি
শুংদায় — নিপালদা
তুংতাঙ — তোঙ
তোঙতাং — তুং।

মখোলগী — মখোল
মখোলনা — নিল্লে
পাইবা — ঙমদ্রে
ইনীং — তমঙমজদ্রে।

রাংনা — পাইরে
তুংতাং — তোঙ
নেম্না — পাইরে
তোঙতাং — তুং।

অহাঙবা — মালঙ
লাংনা — খনখ্রে
অশোংবা — উমং
লাংনা — হুল্লক্রে।

করিগীনো — নখোয়না
তুংতাং — তোঙনা
তিংকোং — কাংকোং
মহুৎ — শিল্লিবা।

তুংতাঙ — তোঙনা
করি — পাউজেল্লকই
অশিবগী — পাউজেল
পাউজেল — নত্তনা।

তিংকোং — কাংকোং
কাংকোং — ঐদি
ঐনা — পায়বা
মায়কৈ — খূদিংদা।

নুংঙাইবগী — মপাউ
মপাউ — তাহনবনি
ঐগী — ইতৌ
তম্নহৌবনি — মীয়াম্মা।

মমিং — চৎপা
ঐগী — ইমিংনি
ঐগুম্মা — চৎহল্লু
ইতৌবু — তমজৌ।

তুংতাং — তোঙ
তোঙতাং — তুং
অনীমক — তোকথোক্লে
য়াম্মা — ফজদে।

অঙাং — অহল
পূম্নমক্লা — মতৌতম্নগনবা
মিংথোল — ওন্থোক্লসি
তিংকোং — কাংকোং।

## ভূত নত্তে মীনি

ভূত নত্তে মীনি
লাই নত্তে মীনি
অশিবগী থৱায়না ওনবনি
থৱায়দুনি মফমসিদা লৈরল্লিবসে।

তাল্লবা লমদম অমদা
লস্তক লস্তক তাবা
খাংপোকশঙগী য়ূম লৈরম্মী
খাংপোকশঙদুদা লৈরম্বা অমনি।

মরাল করিসু লৈজদে
চল্লবা খুঙ্গংগী চনুরানি
মশক মতৌ ফজখ্রবী
চীংলেম্লবী অমনি।

লাইজ-ঈশিং শোক'চৎপদা
হান্না ঙাইদুনা লৈরম্বা
থৌরাং পূম্বা লোইরল্লবা
শাহীংচাবগী লাংদা থুহনখি।

তমথীনা ওৎপী নৈবীরবা
নৈবতনসু পেনবা লৈরক্রদুনা
নুংশিরবা থৱায় অদুবুসু
মফমদুদা অদুম্মক মাঙহনবিখি।

খাঙঙুথক্তা পুক্নি পীখমুহনবীখ্রবা
মরাল লৈজদ্রবা থৱায়দুনা
থৱায়দুননি তোয়না লাউরক্লিবা
নখোয়সু ঐগুম্না মাঙহন্নিংদে।

পোকঙমদনা পোকপা মীওইপোক
তম্বা ঙমদ্রবা মীওইবনী
ঐগুম্না নখোয়দা থোকহনগনু
ভূত নত্তে মীনি।

## চাওখৎ চাওখৎলগা চাওথরকপা

চাওখৎ চাওখৎলগা চাওথরকপা
অৱায়বা পোৎ শীজিন্নরুবগীনি
ফসু ফজরোইদবদুদা ফজনিংলুবগীনি
হেন্না হেন্না থীজিল্লক্লিবদু
মীতৌ তমগে খল্লবদি
নতৌ হান্না তমথোক'লোইখো
অৱাংবা পামেল কাদ্রিবঁ
মুন্না ৱাখল তৌজহৌ।
ইরোইবা, ইরোইবদি হৈতনা
হান্না হেক্তা চোংথগনু
লম হেন্দুনা চোংথরবদি
নপঙ পঙবগী অঙাওবতাশানি।
তূম্বদা মঙখিবা মঙদা
অহাঙবা মালঙদা পাইবদো
তাইবং ফাওরক্লবা মতমদদি
উচেকুম পাইবা য়ারোইনে।
মীতৌ তম্ল তম্লগা
হেন্না হেন্না শোকচিল্লকই
শেলগী লায়নানা নারকই
খঙদবা তৌগনু খঙজিল্লুনে।
দরকার ওইরিবা পোৎশকশিংদু
লম্বীদা তারম্লদবুদি মফরবা
লম্বীদসু অমত্তা তাদেদো
ষণগী মথীফাও শুন'ফংনদে।
মাঙদা শুক্রবদি লায়রদনা
তুংদা খায়দোক্লবফাও য়াওদ্রে
ঙম্লোইদবদুবু মতৌ তম্মিংলুনু
ৱামিন্নবা নত্তনা কান্ন' ফংলোই।

## লম্বী লমশাং চৎপা

লম্বী লমশাং চৎপা
চোকথবনা খোঙ থাংঙমদ্রবা
হুমাংতনা নোং চুবগুম চোৎলবা
শকখঙজদ্রবা অহঙ্গবু কনানো?
ব্রারবা মতৌদুবু য়েংঙমদ্রে
উবতদা ঐসু ব্রারে
ব্রাংলেন মীকূপ খরদং
খাংপোকশঙ অসিদা পোত্থাবীখো।
লাইজ ঈশিংবু ঈখৌলাংবীবরা
তরা লূকপু ফংবীগেরা
করি অমত্তা চিংনবীগনু
ঐসু নচাগুম্লবা মীনি।
লৈজবা অরৈবা পুথোকচরক্লিবা
হরাও হরাওনা ফংবিয়ু
অহলনা ঈখৌলাংবা কোক্লবদা
ঐগী অব্রাবসু কোক্লগনি।
অরৈ অরৈবা ফংমিন্নবা
অব্রাবদা অব্রা তেংবাংনবদি
থব্রায় পানবা ওইনবগী
অশেঙবা নুংশিবগী খূদম্নি।
নোংদম নাইদবা মীওইপোক
হয়েং করি ওইগনি
ঐসু ঐনা খঙজদে
অঙাওবা অমা ওইরকপসু।
অঙাওবা মীসু ফাওই
অরাম খৌরাংবগী অরাম্বা
ফীভম চান্দ্রবা কনা, অঙাওবা
ঙমজবা দান তৌরমসি।

## থিংঙমখিদ্রবা ঈচেলনি

থিংঙমখিদ্রবা ঈচেলনি নমখায়রকপনা হেল্লবা
তূমিন্না লৈথোকপসু নত্তে, য়েংদুনা
ঙম্বা মখৈ হোৎনবনি কন্না
ময়াম পূন্না অমত্তা ওইনা।
অদুবু ঈচেলসিনা ঙমহনবদি য়াদে
হ য়াওবা অকনবা ঈচেলনি
ঈচেলসিনা থিংঙমদনা অদুম্মক চেন্থখ্রবদি
লোইনা থূন্ননি হিংফম লৈররোই।
শিগনি নারক্কনি ব্রাগনি খঙদ্রিবা
মমল য়াম্লবা পুন্সি কয়া
ঈচেলসিদা তাউথদুনা মনীং তম্লি
মনীং তমহনবা য়াদে তমহনগুমসি।
থিংঙমখিদ্রবা ঈচেলনি নমখায়রকপনা হেল্লব
অপঙবা অশিংবা ব্রাখল পুথোক্লদুনা
মখল মখাগী পাম্বে শীজিন্নদুনা
থিংলসি ঈচেলসিনা ঙমহনখিবা য়াদে।
ঈচেলসিদা ইরাক্লরুরবা মীওই কয়া
শকফম কায়না শিঙমদনা হিংলি
শিঙমদনা হিংলিবশিংসে হুন্দোকপসু য়াদা
মথন্তা ব্রাদে, ঐখোয়সু ব্রায়।
ঙসিগী হৌরক্লিবা অঙাংশিং পূম্নমক
তুংগী য়ুম্ন্নুরেল ওইরক্কদবা ঙাক্তনি
মাঙহনবা য়াদে অরেম্বদা পুন্সি
অশিবগী ঈরোন্নুংদা ইরাক্লহনগুমসি মখোয়বু।
কল্লসি কল্লসি, কলহৌরসি থব্রায়শিং
থব্রায়গী মহুৎ শিন্নবা লৈতে
থিংঙমখিদ্রবা ঈচেল নমখায়রকপনা হেল্লবা
থিংলসি মরীক অমত্তা চেন্থহল্লগুমসি।

## মোংফম ঙাক্তা ঙাইগ্রে

মোংফম ঙাক্তা ঙাইগ্রে
মালেমগী মফম খুদিংদা
মোংফমগী মোংফম ঙাক্তা
মথং মথং থংনগ্রে।

মমা মপা ওইবশিংনা
নুমিদাংগী মতম য়ৌরক্লবদা
মচাশিংবু য়ুমদা কৌশিনবগুম
মোংফম্না মীশিংবু কৌশিল্লক্নি।

মোংফম কৌবা মোংফমদি
মীনা শেমদুনা লৈহনবনিনা
তোয়না তোয়না মৈজাওথাবা
মাগীদি হেন্না নুঙাইজবনি।

মাগী নুংঙাইনবা হোৎনবদা
মাগী মৈনুংদা চোংশিনবদা
মীদি য়োৎ নত্তবনিনা
অদুক্কী মতীক কিজগ্রে।

মোংফম মানা চিংশিনবদা
মফম মতম চাদ্রিবা
অহল লমনসু ওইদ্রিবা
নহা কয়া'মা শিরে।

অহল ওইবনা লৈহৌরে
নহানা মাঙ থানগ্রে
নহানা শিবসিনি নীংঙমদ্রিবা
নীংশিং নীংশিং খাঙঙল্লক্ত্রিবা।

কায়নবগী অৱা হুইদোম লাংবনা
থম্মোয় শোক্না কপচবা
মীকপ মীরাওখোলবু তাঙল্লিবরা
তাবা ঙল্লিবরা মোংফম।

## চীংগী নাপোম য়েংনিংঈ

চীংগী নাপোম য়েংনিংঈ
য়েংনিংঈ হায়দুনসু য়েং'ফংদে
অরাংবা লিল্লবোপ  লৈরমগদ্রা
কিজবনা হেক্তা মহাল্লি।
লোক্কী ঈশিং থক্লিংবা
শাহীং চাববু নীংশিংলকঈ
চীংয়া তময়াগী অকোয়বদা
ঈনীং তম্মা চৎওল্লক্তে।
লেপ্পাইদনা চেন্থরকপা তুরেলগী
ঈচেলগী ঈথক ইপোমদা
ইনীং তম্মা শান্ননিংবসু
ঈচেলসে কনমনখিবনা কিজরে।
অওনবা হায়বা অওনবা
অওনবা অমা লাক্লবা
অহোংবা হায়নবা অহোংবা
অহোংবা নঙ লাক্লো।
অহোংবা নঙনা লাকপদা
য়াওহল্লকনু তমথীবা অমত্তা
পুদুনা লাক্কনু শাহীংচাবা
লাক্কুনা ইন্থুরম্মু মখোয়বু।
ফজবা নঙগী ফজবা
তনান তনানবা মশক
মশক্কুবুনি উনিংলিবা ঐখোয়না
লাক্লো ফজবা অহোংবা।
ফজবা নঙনা লৈরবদি
ঐখোয়সু নঙগুম্মা ফজরনি
অথীবা অমসু লৈররোই
চীংয়াগী নাপোম য়েংনিংঈ।

## গলিদা

গলিদা গলিদা গলিদা
গলিদা লৈবা হেল্লোই
হেল্লোই হেল্লোই হেল্লোই
মশীং থীণ্ডমদা লৈবনিকো।
শীংথানিংঙাই ওইরবা অদুগুম্লবা
হেল্লোই ময়াম অদুবু
ওকপু হেক ওক্লরুরবা
অদুম অদুম থেংনরদবনি।
থেংনা থেংনবা খূদিংগী
করি কমদৌরক্কে য়েংঙু
মশকসু অমত্তা মান্নদবনি
কেবদি লোইনা কেজবনি।
শক চু খায়দে
জাতি বিজাতি খায়দে
চপ মান্নে হেল্লোইদদি
পাক্তক্লনা ওক্লগদগী ঙাইবনি।
শেল খরা য়াম্না পায়বা
পায়বদুতনি হেল্লোইনা ওক্লজনিংলিবসু
শেল মচীং পায়বদি
তোয়না তোয়না ওক্লবিদে।
হেল্লোই মখল য়াম্মীনে
হায়রিবা হেল্লোইশিং অসিদি
ওকপু ওক্লা থেংনরবদো
য়াম্না শাথীনা নাবনি।
ফত্তবনি ফত্তবনি অমত্তা
মাইবগী থৌনগা য়াদবনি
ডোক্টরনা কনবগা ঙমদবনি
তমথীবা লায়নানা নাবনি।

## নহনফমদা হঞ্জিনবীরক্লবরা

নহনফমদা হঞ্জিনবীরক্লবরা, নতেফমদা তেবীরগেরা
অসুক কুইরবা, শাংলবা মতমসে
নুমিৎ, থা, মশীং থীওমদনা
পোইরে লমদম কদায়দবু লৈবীরুবা।

খওবদি খওদে অশেংবা উরুদবনা
তাবদি তায়, তোয়না তোয়না
ঐগী ইপুরোইবদি লম্‌গী কৃষ্ণনি
অৱাৎপমা লৈতনা নুংঙাইনা লৈ।

ইপুরোইবগী নুংঙাইবা, পুন্সিগী তাঙ্কক
তাঞ্জাদুবু য়েংনিংখি খোঙ্গুলসু লীরক্লিংখি
খোঙ্গুল লীবা লাকপদা ইখও খওহৌদনা
ঐবু অমুক শাহীং চাবগী লাংদা।

ইপুরোইববু লাইনি, ঈশ্বরনি খঞ্জবনা
রাস লীলা থুগায়গেদি খঞ্জখিদে
নীংথিনা চীংলেপ্লবা রাস লীলা শান্নরিঙৈ
পীক্লিবা নচাশিংনা পূক্লি পায়না খাঙলি।

ইপুরোইবনা জগোয়গী খুখেক্তা উইথরিঙৈ
পীক্লিবা নচাশিংদি তুফক তুফাই চল
নোংমা নোংমগী লৈরকখিবা অহোংবা
মায়থোং ওনশিনবীরকখিদবনা উহৌদ্রেদো পূম্নমক।

উদবা ঙমদ্রবা য়েংলরোই য়াদ্রবা
চেনবসু য়াদ্রবা চেনঙমদ্রবা ঐহাক্তি
হুন্দোক্লসি কদায় হুন্দোক্লল্লে করম
অদুম্মক লেওঙমদনা লেওদনা লৈরক্লি।

তুফক তুফাই চল্লম্বা, পূক্লিপায় খাঙলম্বা
ইপুরোইবনা য়েংবীরকখিদ্রবা নওগী নচাশিং
ঙসিদি চাউরে মতীক চারেনে
নহনফমদা হঞ্জিনবীরক্লবরা নতেফমদা তেরগেরা?

## কপ্লগনু অমুক তেংথারগনু

কপ্লগনু অমুক তেংথারগনু
পলেম ইমা অপোকপী
ইমা নহাকপু নুংশিবী
নচাগীদমক ৱাজরক্কবী ইমা।

লেপ্লো য়াদনা চেন্থরক্কিবা
ইমাগী মীৎলু পিরাং
নচানা করিগী উদনি
ইখুৎসিনা তৈথোকপদি ফংজদরে।

তাইবং মীওইবগী হৌনশা
তাইবং পুন্সি খোঙচৎনি
কাউবা তমদুনা কাউথোকপ্রো
থম্মোয় লাইমন ওইদনবা।

পলেম ইমা নুংশিবী
ইমাগী অৱা মায়থোঙ
নচা য়েংবা ঙম্লক্রে
ইমাবু উবদা ৱারেদো।

মীরম্লেন লাইরম্লেন তাইনরে
ৱাংম ৱাংমা ওইরেদো
শোক্লা শম্মা য়াদ্রেদো
পনখৈ অমা খাপ্রে।

তাইবং পুন্সি খোঙচত্তা
নচাদি তুংইনবসু ঙমজদ্রে
তাইবং মীরক তিনবদি
হায়ফম খঙদনা ৱায়দো।

শেংলবা শেংলা লাইরম্লেনদদি
ঈংনা চীক্লা লৈঙম্মী
নচাদি অৱাববু কোক্লে
কপ্লগনু অমুক তেংথারক্লগনু।

## পৈশা

পৈশা নঙগী নগুণ
অঙকপনি নঙগী নগুণসিদি
করিগা অমুক চাংদম্লরুনি
চাংদম্লিংঙাই অমা লৈতে।
যাম্না পায়জগে যাদেদো
খজিক্তং পায়জগে যাদেদো
ইনাক খুনবগীসু পৈশা
লায়রবগীসু, অৱাবগীসু পৈশা।
পৈশা পৈশা পৈশা
পৈশা য়াওদা য়াদে
হোটেলদা চঙঙে পৈশা
দুকান্দা চঙঙে পৈশা।
লায়রবনা নারবা, ঙমদ্রবদা
পৈশা নঙ য়াওদ্রবা
নাবগী করিসু কান্নদ্রে
শিরে অদুম মীদো।
ইনাকখুনবনা পায়জবা পৈশা
মরাইবক ফবগী পায়জবনি
লায়রবনা পৈশা পায়ঙমদবা
উপায় অমা লৈতবগীনি।
তলব চাবগী পৈশা
লাইরিক হৈজবগী মহেনি
তলব চাদবগী পৈশা
লাইরিক হৈহৌদবগী ফংজদবনি।
তলব চাবগী নুংঙাইবা
ফংলকপা পৈশাগী মগুণননি
লাইরিক্কী চন্নফম খঙদবা
থবক ফংহৌদবগী অৱাবনি।

## ঙাইখো

ঙাইখো নঙ ঙাইখো
অমুক্তদি লাকখো কৈদৌবগে
খান্নন্নু ঐবু অমুক
ঐ অমুক লাক্লরোই।

ৱাখল লম হেনগনু
নঙগী মাঙজবা ওইগনি,
ৱাখল লম হেল্লেসু হায়গনু
ঐগী মাঙজবনা য়াইফবনি।

কবম্লা য়াইফবা ওইদৌরিবা
অপঙবা নঙসে পঙঙিদা
ঐদি অপঙবা তাবসনু
নখোয়গীদমক ঐ চৎলবনি।

নঙনা চৎলিবা লম্বী
লম্বীদুদি অমম্বগী লম্বীনি,
নখোয়গী অঙানবা লম্বীগীদমক
চৎলবনি অমম্বা লম্বীসিদা।

পলেম পম্বৌবু নুংশিদ্রবরা
নকুপ নপীজাশিংগী খন্দ্রবরা,
মীয়াম পূম্ববু নুংশিবনা
পলেম পম্বৌবুসু নুংশিবনি।

থাবুম তৱা নাউপুরগা
নঙবু ফংজবগী মহৈরনে,
পলেম্না তাইবংদা পোকপীবগী
খোম্লাং লমননি খঞ্জরে।

পম্বৌ নপাগী অৱাবা
কাউরবরনে নঙবু অৱাবশিংদো,
পম্বৌগী অৱাবা কাউজদে
ৱাজরকপগী মহৈনি ঙসিগীসিনা।

## পুন্সিসে হিংলিবা করিগীদমক্লো

পুন্সিসে হিংলিবা করিগীদমক্লো
করিগীদমক হিংলিবনো ঐখোয়
হিংননবগীদমক চাবা নত্তে
চারিবা অসিসু শিদনবগীনি
শিদনবগীনি থেংনরিবা লানসু
লানথেংনরিবসি শিনবগী নত্তে।

অঙাওবা (নঙ) করিগী ঙাওরিবনো
ঐবু ঙাওই হায়বা
নঙবু ঙাওদে হায়গেরো,
ঙাওবসিবু কমায়না তৌনগে
নঙগী নওং নতৌদুবুনি,
মসিদি মতমসিনা ওইহন্নবনি।

কয়াদা থীনা ঙাওরিবা
ফত্ত্রবা মতমসিদা তাইনরি
মতমসিনা নঙোন্দা কৈদৌরক্লগেনে
মতমসিদি য়াম্না ফৈ
মী য়াম্না ফত্তে
মীনা মীবু ব্রাহল্লি।

কনাগী মীনা ব্রাহল্লিবনো
হায়য়ুনে ঐঙোন্দা তম্মুনে,
কনাগী মীনো খঙদে
হায়রুরগা করিবু কান্নগদৌইনো
তম্বগী কান্নববু ফংগদ্রনে
পাউখুমসিমতং হান্না পীয়ু।

## হিংলিবসে ঙসিদংগীরা হয়েং ফাওবগীরা

হিংলিবসে ঙসিদংগীরা হয়েং ফাওবগীরা
কনাসু খঙবা ঙমদে
ঐসু খঙবা ঙমদে
মসিমকসু অৱাবা অমনি।
মীওইবা ঐখোয়গী থম্মোয়দা
অৱাবা-অমা য়াওরি
নোংমখক্তংগী নত্তে অৱাবসে
মতম পূম্বদা ৱারিবনি।
খঙহৌদনা থাজদনা তারিবা
মীশি মীনাগী পাউ
পাউশিং অসিনা ৱাহল্লি
মীওইবগী থৱায় হকচাংবু।
মরাল লৈবখক্তী নত্তে
মীচম কয়াসু শিরি
খুদি অমদা হায়নবদো
লম্বীনা নত্তে মীননি।
অশাওবা অদোম্মা শাউরিদো
ঙাইহাক্তংদি তপথবীখো পূক্লিং
নখূত্তা পায়রিবদো থাদোকউ
ঐ চেল্লোই ননাক্তগী।
লানখিবা কয়া লৈরবসু
শোয়খিদ্রবসু ঙমদে মীওইবা
ঐগীসু নুপী'ঙাং লৈহৌরি
অদোমগীসু নুপী'ঙাং লৈহৌরমখিনি।
মপা লৈত্রবা মচাশিং
কনানা য়োকপী থাকপীগনি
অদোমসু নুপী'ঙাং নুংশিয়ু
হিংলিবসে ঙসিদংগীরা হয়েং ফাওবগীরা?

## তঙদু লৈতাদ্রবা পুন্সি

তঙদু লৈতাদ্রবা পুন্সি
করি নুমিত্তা লৈতাগদবা
করম্বা মতমদা মকা লামগনি
কৈদৌঙে ঈংনা চীক্লনি।

তূমশিৎ ফানা তূমথোক্কদরা
তূমশিৎ ফাদনা তুম্লদ্রা
শিবা চঙবা তমঙমদে
শূদনা পোত্থাদুনা লৈথোক্লগদ্রা?

লমদা চখোক্লে মখল্লি
যূমদা লৈহৌরিবশিংগী ব্রাখল
লমদা চখোকখিবশিংগী মব্রায়
যূমদা লৈহৌরিবশিংনা ব্রায়।

ব্রাখল ব্রাখল ব্রানরে
ব্রাখল লোইনা ব্রানরে
লায়রবশিংনা হেন্না ব্রাজে
লায়রবা লায়র'মী ওইবনা।

নোংমগী শিন্থা চৎপদা
লম্বীদা খুদোংথীবা নংলবদা
লাইবক থীদুনা শিরবা
থাগী পেন্সনবু ফংদেদো।

থোকপীরক্লনু অমত্তা থোকপীরক্লনু
খুদোংথীবা থৌদোক অমত্তা
খুদোংথীবা নঙনদি থোক্কদবগী ঙাই
খঙদবনদি নাপ্পদা চঙশিল্লক্কদৌরি।

খুদোংথীবা নহাকপু মিনুংশি চেন্দ্রবরা
থব্রায় পানববু নুংশিদ্রবরা
থব্রায়বু অতাঙবনি খনবীয়ুনে
তঙদু লৈতাদ্রবা পুন্সি।

# সংস্কারগী মৈরী খাঙঙমদ্রে

সংস্কারগী মৈরী খাঙঙমদ্রে
বদ্রং বদ্রং হৌবা
পেদ্রেক পেদ্রেক চাকপা
অচৌবা মৈজাও মৈবুলনি।
য়ূল্লক তাবা জগাদা
থোঙ্গাল মপাগী তুরেল'পান্দা
চাকপা মৈবুল ওইরগসু
মৈশা ফাওরকইনে ঐখোয়দা।
হকচাং অসে শাগৎলকই
ফোং ফোং শাগৎলকই
থম্মোয় অসে ওমচাক্লরকই
সংস্কারগী মৈরী খাঙঙমদ্রে।
সংস্কারগী যজ্ঞ তৌরিবা
যজ্ঞগী লুচিংবা অহল
করিগুম্বা অমত্তা হায়জগে
ঝারৌ পূক্লৌ চাউবীগনু।
যজ্ঞগী থবক পোখাবীরো
অমুক তৌরগনুবা অহল
যজ্ঞ মশীং থীঙল্লক্তবনা
মনম নমথীব'মা ফাওরক্লে।
লুংশিবা মনম নম্মল্লবসু
হার্ট শোকই হায়নবদাইনে
নমথীবা মনমসি তোয়শিল্লক্লবদি
হকচাং লায়না ওইরোইদ্রা?
লায়না মখল মখল থোক্লক্লবনিনা
লায়েংবসু হেক্তা ঙল্লক্লোই
অমুক্তা তপ্ন খন্নসিদা
সংস্কারগী মৈরী খাঙঙমদ্রে।

## মোরে হঙোইদা উশিন

মোরে হঙোইদা উশিন
মদুনতা পুম্নমক মফরনি
ঙামুদা মীগী উশিন শিনবগুম
মোরে হঙোইদা  মীগী উশিন।
মীদি ময়েং তাথরকই
হঙোইদি মরাঙ কায়রে
ইঙা ইঙেন্দগদি অমুক্তোইবা
হঙোইগী হঙোই ঙাক্তনি।
নহানবাইগী মতম অমদদি
হঙোইসে চানবা য়াওই
হৌজিক্তি অমত্তা চানদ্রবনি
ঐনা চাদ্রবনিনা চারম্লরোই।
অঙাং ওইরিঙেগী বারীনিদা
অশেঙবগীসু চানরম্মী অওইবগী
হৌজিক্তি চাউরবনিনা ইকায়জরে
খল্লু খল্লুরগবু তুক্কৎচরে।
ঐনা তুক্কৎচরিবা অসুম্না
তূক্কৎচবগী তূক্কৎচবা তু ক্কৎচদুনা
লাইনা মীবু লৌশিনগনু
ঈপাক্তা ঈরাক্লহনগনু মীবু।
ফমুংদা তুমজরিবা মীবু
মঙদা মঙলাক্লহন্দুনা লৌশিনবীগনু
লম্বীদা চুম্না চৎচরিঙে
গাড়ীনা মীবু চিংশিনগনু।
নুপী অঙাং, মপা মচা
হরাও তয়াম লৈজরিঙে
কৌথোক্লুনা পুথোকপীখিনু অমম্বদা
মোরে হঙোইদা উশিন।

## মৈতৈ পোকপীনা কপ্লিয়ে

মৈতৈ পোকপীনা কপ্লিয়ে
মাঙখিগদৌরবা পুন্সি কয়াগীদমক
মাঙনবগী লম্বীদা চৎপগী
মৈতৈ পোকপীনা কপ্লিয়ে।

মৈতৈ পোকপীনা কপ্লিয়ে
নিশানা লাইনীং ওইগনু
চাগনু কৈদৌবগে নখোয়বু
মৈতৈ পোকপীনা কপ্লিয়ে।

মৈতৈ পোকপীনা কপ্লিয়ে
নীং থুংদবগী চারিবা হায়বদুদি
নীং থুংদবগা চীঙ্গাক্না মরী লৈনদে
মৈতৈ পোকপীনা কপ্লিয়ে।

মৈতৈ পোকপীনা কপ্লিয়ে
নীংথুংদববু থুংননবগী হৌরকফমদি
চীঙ্গাকতু চাবনা ওইরোই
মৈতৈ পোকপীনা কপ্লিয়ে।

মৈতৈ পোকপীনা কপ্লিয়ে
হায়বা ৱাদি তাদবা
অৱাবা মশক খঙদা নখোয়বু
মৈতৈ পোকপীনা কপ্লিয়ে।

মৈতৈ পোকপীনা কপ্লিয়ে
অফবা ৱাখলতবু খল্লু
হোৎনবগী থৌনা লৈয়ু
মৈতৈ পোকপীনা কপ্লিয়ে।

মৈতৈ পোকপীনা কপ্লিয়ে
নশানা নশাবু মাঙহনজগনু
নশানা নশাবু কঞ্জৌ
মৈতৈ পোকপীনা কপ্লিয়ে।

## শান্তি

শান্তি লৈবা লৈবাক
লৈবাক অমা ওইহনবা
মীওইবা ঐখোয়গী ইথৌদাংনি
শান্তি লৈবা লৈবাক।

শান্তি লৈবা লৈবাক
ঐখোয় পূন্না তান্নমিন্নরগা
ভাব তামিন্নরবা মতমদুদা
শান্তি লৈবা লৈবাক।

শান্তি লৈবা লৈবাক
মী মশেল শাউনরবা
তপথমিন্নরগা খন্ন নৈনরবতদা
শান্তি লৈবা লৈবাক।

শান্তি লৈবা লৈবাক
লাইরিক হৈতবগী মীশিংদগী
লাইরিক হৈবনা হেল্লবতদা
শান্তি লৈবা লৈবাক।

শান্তি লৈবা লৈবাক
মথক থোংবনা মখা থাবশিংদা
নীংথিনা ভাব তাহল্লবতদা
শান্তি লৈবা লৈবাক।

শান্তি লৈবা লৈবাক
থকশি খাশি ব্যবহারনা
মশক খঙনা চৎনরবদা
শান্তি লৈবা লৈবাক।

শান্তি লৈবা লৈবাক
অফবা ব্রাখলতবু খলঙম্মরবা
অচুম্বদুদা চুম্মা চৎমিন্নরবা
শান্তি লৈবা লৈবাক।

## কাউইনহে মীওইবা কাউগ্রেনে

কাউইনহে মীওইবা কাউগ্রেনে
অদুঙৈ পুন্সিগী তানফমদা
নঙবু কমদৌরকখিগেনে হা
নীংশিংঙুনে নতীন্দু য়োংশিল্লগা
শেংনবা অনী শুদা
ইন্ননবা অনী শুদা
অয়ুক্কী চারাদি লৈরবা
নুমিদাংগী চরাদি লৈতবা
মখা অৱাং চেন্দনা
ভিক্ষারি অমগুম ওইখিবা
গোরোং গোরোং চেনবা
পায়শিনবা নুংঙাইত্রবা চেঙ
চহী কয়া চাদুনা
য়োংশিনবা নুংঙাইতনা লেল্লকখিবা।
কাউইনহে মীওইবা কাউগ্রেনে
তাইবং মীওইবগী হৌনশা
অমদগী নংত্রগা অমদগী
অমদগী লৌদ্রসু অমদগী
মথং মথং মথং
মতেং খর খর লৌরক্তুনা
খরা মখে শাফরকখিবা
ৱাদুনতা অদুমদি লৈনদবনিনা
গোকপা শিবা নাইবা
অহান অকোনগী হৌনবী
মীওইবা খুবাক খূনম্নি
হায়রিবা পাউরৌ অসিগুম
নুংঙাইবগী নুংঙাইবা ওইরকপ্রে
মাঙলমচংকী থৌদোকশিং নীংশিংলুদ্রে

তেংবাংনরকখিবা কয়াসু উশিন্নখিদ্রে
কাউইনহে মীওইবা কাউখ্রেনে।

## কনানা ব্রাজরকপদগী ওইরকখিবনো

কনানা ব্রাজরকপদগী ওইরকখিবনো
লাইরিক লাইশু হৈরবা
নমান্নবা মীরক তিল্লবা
অফ-ফত্ত খঙলবা
মতীক চাবসু ওইরিবা
মীনা ইকায় খুম্নরিবা
পূম্নমক করিদগী ওইরকখিবনো?
নপানা মীগী মখাদা
নঙগীদমক উপায় থিরকখিবা
নপানা নোংমগী চারা তান
নঙগী অব্রাৎপা লৈহল্লকখিদবা
অফং অফং শূবনা
নঙগী লাইরিক্তগী হোৎনরকপা
পূম্নমক কাউপ্লবরো নঙবু।
নঙনা মশক নাইবা ওইরক্লিবসে
ঈশ্বরনা নরায়বক্তা তম্লক্লবসু
নঙবু লমজীং লমতাকপা
নঙবু হোৎনবীনবা লৈরমদ্রবদি
ঙসি ওইরল্লিবসে ওইরম্লোইনে
মুন্না অমুক্তা খল্লুনে
কনানা ব্রাজরকপদগী ওইরকখিবনো।
অঙাং ওইরিঙৈগী মতমদা
স্কুল কারমদাইগী মতমদা
খঙহৌদনা চুথরকখিবা নোং
ছাতিন অমফাও লৈতদুনা
হোংঙু মনানা কৃপ্তুনা
ইমানা স্কুল থিল্লকখিবনি
ইচাদি স্কুল কাদ য়াদেনা।

পাঙ্গলনা শূরগা চাবা
শুদবা নুমিত্তা ৱাবা
শুদবা কনানা খঙলোই,
নমা নপা ওইবনা
অৱাবা মশক খঙবনা
ইচা নঙবু ৱাহন্নিংদে
ৱাদনবগীদমক লাইরিক তমহন্নবা
হোৎনজরকপা ৱাজরকপগী মহৈ
নঙনা হৌজিক মী ওইরবনিনা
নখা থাবা ননাওশিং
নুংশিবা মীৎয়েং য়েংদুনা
নঙনা অমুক হোৎনরো
নঙগুম্না মখোয়সু শক্লাইনবা
কনানা ৱাজরকপদগী ওইরকখিবনো?

## করঙ্গন

করঙ্গন করঙ্গন করঙ্গন
করঙ্গনগী করঙ্গন ঙাক্তনি
করঙ্গন য়াওদববু লৈরিবরা
করঙ্গনগী করঙ্গন ঙাক্তনি।
করিগুম্বা অমগীসু করঙ্গন
মী'মা উনবগীসু করঙ্গন
ব্রাহ্মেমতং হায়জবগীসু করঙ্গন
খঙদবমা হংবগীসু করঙ্গন।
ঈশৈ শকপগীসু করঙ্গন
অইবা অমগীসু করঙ্গন
মীয়ামগীদমক্তা হোৎনজবসু করঙ্গন
য়ারব'মা পুথোকচবগীসু করঙ্গন।
করঙ্গননা খূৎ থিন্দোক্লক্লি
পীরক্লো পীরক্লো পীরক্লোনে
পীনিংদে পীনিংদে পীনিংদে
লৈতবনিনা পীনিংদে পীগদবনা।
লৈতদুনা অমত্তা পীদ্রবনিনা
থবক খূদিংমকসু ফোরশাৎ
করঙ্গনগী খূত্তুনা উবীদে
পীবা ঙমদবগী অব্রাবা।
বুদ্ধি জ্ঞান লৈজবা
হোৎনবা কনবা অরেম্বনি
মতমসিদা চন্নফম লৈতে
করঙ্গনগী খূৎনা ইম্বোকপীরকই।
মাঙখিগদৌরবা মমল য়াম্লবা
পোৎশকপু মাঙ'য়াদে খনবিয়ু
খনবীগদবা পাম্মুবীগদবনা পাম্মুবীদ্রবদি
নোংমদি শোয়দনা মাঙখিগনি।

## কন্না নোক্কনু ব্রাম্থখিনি

কন্না নোক্কনু ব্রাম্থখিনি
কন্না কন্না নোক্কনু
কন্না লাউ খোংগনু
বি পি ষ্ট্রোক তৌগনি।

ষণফাও ব্রাইনদ্র মতমসিদা
মী খৎনবা পামগনু
হার্ট ফেল ওইরগা
লান্দবনা দশা তাহৌনি।

মীওইবা ঐখোয়গী শীংলিসে
লংলা'মনা হেন্না কল্লমলে
বি পি ষ্ট্রোকতা তৌনখ্রে
বি পি ষ্ট্রোকনিদা হায়নখ্রে।

হৈনৌ অমুনবা ফজবা
মনুংদা তীল চঙবা খঙনদবগুম
মীওইবগী হকচাং মনুং
পৎথরিবরা পুমথরক্লিবরা খঙঙমদরে।

হিংলিবনি হায়দুনা হিংলিবসে
বিট অমবু লৈরক্রে
তনবু তল্লে খল্লুবদা
তন্বনদি কান্নরোই অদুনদি।

মখল মথেল কয়াগী
থোক্লক্লিবা লায়না লায়ওংশিং
রেদিও টেলিভিজন খবর খক্তদা
তানবা য়েংনবদংনদি মপূংফারোই।

লৈকায় লৈকায় খূদিংদা
অখঙ-অহৈবু কৌজরগা
তান্ন-খন্নবা পাউতাক লৌবতনা
হকচাংদা কান্নবা ফংগদ্রা খল্লি।

## লম্বীসিবু মন্নিবরা ঙাল্লিবরা

লম্বীসিবু মন্নিবরা ঙাল্লিবরা
খর খরদি ঙাল্লি
ঙানবগী ঙানবা ঙাল্লোদনা
মমশিনবনা মহেল্লকই লম্বীসিদা।
হে লম্বী লমশাং
লম্বীদি অসুক শাংলগা
মমশিনবনা অসুম হেনগৎলক্লবদি
লম্খেলসিদা করম্না চৎকনি।
ঐখোয়দি মীওইবা ওইবনা
অমম্বদা চৎপদি ঙমদে
অঙানবা মঙালবু পাম্মী
অঙানবদা চুম্না চৎনিংই।
অয়ূক নুংথিলগী মতমদফাও
খূদি পংথীদা থীরসিদা
অমম্বা নঙগী লম্বী'সিদদি
করিবু খোকঅগবা মীওইবা।
লৈচীল নোংথাঙনা হাইদোকপগুম
হাইদোক্লো হাইদোক্লে হাইদোক্লো
পাইখ্রো মফম খঙদনা
চৎখ্রো অমম্বা চৎখ্রো।
অমম্বা নঙনা অদুম্মক
মমদুনা মম্না লৈরবদি
মী মশেলসু উনদরে
মীনা মীশু কীজনরে।
অমম্বা নঙনা চৎথ্রবদা
অঙানবা মঙালগী লম্বীশিদা
কিগনু ঐনি, নঙ ওইরে
ঐখোয় মশেল কিনরগুমসি।

## নঙসু ফত্তে, ঐসু ফত্তে

নঙসু ফত্তে, ঐসু ফত্তে
মাসু ফত্তে, নখোয়সু ফত্তে
ঐখোয় ময়াম অমত্তা ফত্তে
খল্লি মখোয়দি হৌজিক হৌজিক্তংগী।
চাক পূক থন্না চারগা
তপ্পা ঈংনা জ্ঞান তানা
তানা খন্নসি, খন্ন-নৈনসি
নৈনসি হায়বা অমত্তা য়াদে।
চাসি থকসিদি ইয়াদা য়াই
শেৎনবা পীগনেদি, লৌগদবনা হাল্লি
ফগদব'মত্তং তান্নসেদি থবক চিল্লি
নখোয়দা নত্তে, ঐসু চিল্লিবনি।
নখোয় ঐখোয় ময়ামগী মরক্তা
অব্রাৎ অপা অশোয় অঙাম
পূম্নমক য়েংশিনবীনবা মীওই'মা থমগদবনি
অপূনবনা শেন্নগা থমগদবা মীওইবনি।
পংথম থম্বসু হেক্তা য়াদে
মীশক খঙনা খঙলবদুবু থমগদবনি
করম্বা মীশক্লো কনানো মদুদি
মীয়ামগীদমক খনবীগদবা থম্মোয় শেংবদুনি।
থম্মোয় শেংবা, পূকচেল চাউব'মা
মীয়ামগীদমক মহুৎ শিন্দুনা থম্বদা
নখোয় ঐখোয়গী ইশাগী হকনি
তুংগীদমক খল্লগা ব্রাখলনা লেপকদবনি।
ব্রাখলবু ব্রাখল'মনা হূবা ঙমদবনি
ইশাগী হকপু হক'মনা মুনঙল্লোইদবনি
শেল পুরগা থেন্বা লাকপদা
য়াহৌরিবা নখোয় ঐখোয়সে পঙলদ্রসে।

তান্ন-খন্নহৌবা, নৈনহৌবা ৱাংপনা
মফম মরাং, খণ্ডদবা অমবু
ময়ামগী মহুৎ শিন্দুনা থাজিনগ্রে
মহুৎ অদুনা করি ওইরক্কদৌরিবা।

অকাবনা কাদ্রিঙৈ, অমুক্তা ইনখৎপীয়ু
ঊনানা লৈমায়দা কেম্থরক্লগা চাইবগুম
শেলয়াম্না নমীৎতা ত্থাই ত্থাই
শেলয়ামদুবু লৌরগা ইনখৎতুনা কাহনখিবনি।

পাখৎকনু পাখৎকনু পংগাদসু পাখৎখিনু
হান্নদি খম্থহৌদ্রগা ওসিখক্তুংগী খম্থরুরনু
স্বর্গদা কাপ্রবনি লৈমায়দা কূমথরক্লরোই
অকাবনা জয়নি, কাহনবনি ময়াম্না।

## অচুম্বা

অচুম্বা অচুম্বা অচুম্বা
কদায়দবু লৈরিবগে অচুম্বা
মমিংখক্তংদি তাজরে ঐখোয়সু
মশক্তি উদরি অচুম্বা।

মশীং থীওমদবদি লায়রদনা
অমখক্তং ওইরবসু উজগে
অচুম্বা নঙগী অচুম্বা
লাক্লো অচুম্বা নঙ।

মতম কুইনা শাংনা
চহী মশীং থীওমদনা
অচুম্বা নঙনা অদুম্মক
মীওইবশিংগী মাঙদা লেপ্লদ্রবদি।

অরানবতনা থল্লবা তাইবংসিদা
অচুম্বগী মশক উদনা
অসুম্না অসুম্মক লৈরগদি
অরানবদা লান্দুনা শিরগনি।

মমল য়াল্লবা থব্বায়
মীওইবগী অপাম্বা অধিকার
পূক্লিংগী অরেপ্পা ফিরেপ
অকনবা নোংলৈনা হুন্নক্লে।

অচুম্বনা মাঙদা লেপ্পীরবা
ওল্লোইয়ে হুমখিবা নোংলৈনা
অশীৎ-অব্বাম্বানা লাকপদা
চেকশিনসি ঐখোয় ময়াম।

পংলৈ পংলৈদমক লৈথোক্লগুমসি
অচুম্ববু চুম্না থিগৎমিন্নসি
অপূনবগী পাঙ্গল ওইননবা
ইশাগী অধিকার মাঙখিদনবা।

# অশেঙবা লৈত্রবা ইরৈবাক

অশেঙবা লৈত্রবা ইরৈবাক
অচুম্বা চৎত্রবা মীওইবা
অমোৎপনা থল্লবা ইরমদম
থীরেদকো ইরমদম নঙসে।
থীনিংবা কনাবু লৈবগে
ফজবা পাম্বা ঙাক্তনি
ফজববু ফংননবা তান্নবদা
থীহনবীবনি ইরমদম ঐবু।
অদুদি করম্না অমুক
ইরমদম নঙগী ইরৈবাক
নঙগী ফজবা শক্তম
শক্তমদুবু করম্না ওইরকখিগনি।
ইরৈবাক্কী শক্তম ফজহনবদি
শেল চঙবা নত্তে
মরম চাদবা শেলগা
লৈনদে মরী অমত্তা।
অরানবগী শরুক য়াওদ্রবা
লানবা হৈজদ্রবা তুশোল্লবা
তুশোল্লবা মহাক অদুগীদমক্তা
অঙম্বা তেংবাংবদুবু অশেঙবনি।
তুশোল্লবা অমগীদমক তেংবাংলুগনু
মঙোন্দা তেংবাংবদি কান্ন’ফংলোই
অকনবগী তেংবাংঙু হায়দুনা
পীশিল্লি শেলগী খাউজাউ।
কাউখি পূম্নমক ইমুং-মনুং
শেলগী খাউজাউ উবদা
য়েংবীরমদে অশোনবগী তুংগীদমক
অশেঙবা লৈত্রবা ইরৈবাক।

## চৈগী নোংজু চুথরকপদা

চৈগী নোংজু চুথরকপদা
ছাটিন লৈজদবা কনানা
চৈগী নোংজুনা চোত্তনবা
অনকপা যুময়াদা চেনশিনজৈ।
মিনুংশি খঙদবা নুংশিহৈতবা
চৈগী নোংজু অদুনা
তান্ন-তান্নদুনা চোংহল্লি
উপায় লৈজদ্রবা মহাক্তো।
চোংশিনবনা অসুম হেঞ্জিল্লক্লবা
খাঙফম খঙদ্রবা মহাক্কুনা
লাউরকই, চৈগী নোংজু
চৈগী নোংজু হাংলো।
খাম্বা য়াদবা নোংজুনি
খাল্ল খাল্লগা হেঞ্জিল্লকপা
খামঙমদ্রিবা নোংজু অদুনা
পূমচোং চোংনা চোংহনবিখি।
অঈংবগী শরুক্লা হেঞ্জিল্লবা
উপায় লৈত্র' মহাক্তো
জ্ঞান মাঙনা ৱাম্বুখি
লৈমায়থক্তা অদুম্মক তূমথখি।
লোম্না লোম্না য়েংজৈ
লৈচীল্লক্তগী থৱানমিচাক্লা
অদুবু করি উপায়
উপায় অমত্তা লৈতে।
অচীকপা তাঞ্জাবু য়েংলগা
মীকপ থোক্লো হৌদোকপীরকখি
নোংদোল থক্কী থাজনা
তাখিদরে অদুম্মক মহাক্তো।

## মশীং থীঙমদ্রবা লেন

মশীং থীঙমদ্রবা লেন
খঙহৌদনা অমুক 'মুক
অকনবা শাফুগা লোয়ননা
তারকই লেন ময়াম।

লেন মপৈ'মনা লান্দারকপদা
মীয়াম কায়না চৈন্নে
অকনবা লেনগী মখোল্লক্তা
মীয়ামগী খোন্থাংসু য়াওরি।

অদুবু মীয়ামগী খোল্লাউনা
লেন মরুবু ওকঙমখিদে
অথোৎপা মীওইবগী হকচাং
লেন মরুনা ফাওদুনা।

অপূনবগী খোঞ্জেন্না অমত্তা ওই
লাউশিল্লি লেনগী মায়কৈদা
করিগীনো নঙনা তমথীরিবা
হৈথরক্লগনু ঐখোয়গী হকচাংদা।

তাবা হৈতে লেননা
উপায় লৈত্রবশিংগী ৱাহৈ
হেন্না হেন্নদুম কনশিল্লকই
লেন মরুগী শাফু।

মীওইবা অমা উয়াদে
তোক তোক তারকই
ময়ূম ময়ূমদা চেনশিন্নখ্রবসু
অচৌবা লেনদুম্না য়ৈথরকই।

অমাঙ অতা থোকহল্লি
মীওইবগী থম্মোয় কায়হল্লি
পানফম চাদদুনা শিরবদদা
লেপখি মশীং থীঙমদ্রবা লেন।

# মীহাংপা

মীহাংপা মিনুংশি খঙদবা
নঙদি মিনুংশি খঙদবনি
মীওইবা ওইনা পোক্লগসু
নঙনা মীবু হাংলি।

চাক চাদবা শাহীং চাবনি নঙদি
ঈবু ঈশিং ওইনা থকপনি
মদুমক্লনি নঙনা মীবু
হিংনা হাংলিবা হিংহাংলিবা।

মচা কায়নরবা মমাশিং
মপুরোইবা কায়নখ্রবা নুপীশিং
মখোয় পূম্বনা কপ্পবু
নঙনা য়েংলি লীলাগুম।

নঙগী ঈতৈবা নখূত্তুনা
মীওইবগী হকচাংগী কায়াৎপু
শা শেম্বগুম শেমদুনা
মচেৎ মচেৎ ককথখিবা।

মথৌ মাঙদ্রিবা থাঙপাক
হেন্না মথৌ হাপকৎতুনা
ককথররো লাউ ঐখোয়বুসু
নঙগী নবূক থন্নবা।

নঙনা মদু ঙমদ্রবদি
ঐখোয়সু শাহীংচাবা তম্লনি
অহানবদা নঙবু কক্তুনা
মতূপ নাইনা শেম্লনি।

ময়া থৌবা থাঙশাংনি
ইপা ইপুনা থম্বীরম্বনি
য়েংঙু নঙসু থাঙশাংসি
মথৌ কয়ামুক য়াওরমগনি।

## জেনরেল ষ্ট্রাইককী লোট্রেরি

জেনরেল ষ্ট্রাইককী লোট্টরি
য়াওনিংদে ঐখোয়দি য়াওনিংদে
করিগী নমদুনা য়াওহনবীরিবনো
জেনরেল ষ্ট্রাইককী লোট্টরি।

জেনরেল ষ্ট্রাইককী লোট্টরি
লাউ খোংবতদা ৱারে
চাবা থকপা চঙদ্রে
তূম্বা হীপ্পা ঙম্নদ্রে।

চাদবদগী কয়া'মা চোকথরে
তূমদবদগী কয়া'মসু নারে
নোংমা কাংদনা অসুম্মক
লোট্টরি লাউহনখিগদ্রা মীওইবশিং।

জেনরেল ষ্ট্রাইককী লোট্টরি
লাউননবা শেম শারিবা
অশাওবগীনা শিবগী চৈরাক
শাউহৌদবশিংগীনা অৱাবগী চৈনা।

জেনরেল ষ্ট্রাইককী লোট্টরি
লমদমসিদা হৌহল্লগুমসি মাঙহনখ্রসি
মূখৎখ্রসি মমি তাহল্লরোইসি
মৈতে পোকপীনা য়াদ্রে।

অপূনবগী হন্নাইদ্রবা থৌনানা
লাংগী শক্তম ওইদুনা
উপতুনা খোন্না ফারগা
য়াইফৌ ফৌনা মাঙহনখ্রসি।

ইঙাগী নোংজুনা চামথোকখ্রব'তুংদা
লাউরসি শান্তিগী খোল্লাউ
পীরসি শান্তিগী পাউজেল
মায়কৈ মায়কৈ খূদিংদা।

# তুরেলগী ঈচেলনা কপ্লক্লে

তুরেলগী ঈচেলনা কপ্লক্লে
হীক্লা হীক্লা তেংথারক্লে
মীওইবা নখোয়সে ফৎখিদ্রেদা
মীওইবা নখোয়সে হাকমনখ্রেদা।
লাইজা ঈশিং ঈচেলসু
অঙাংবা মচু ওলহনবীরে
লাইজ ঐগী ঈরোন্নুংদা
লেপ্লে ঙাসু মনীং তমঙমজদ্রে।
তুরেলগী লাইজ ঈশিংনা
ঈরৈ কন্না চেন্থবদি
মহৌশা লাইরেম্বীগী হৌনশানি
ঈশ্বরগী খূৎশেম্নি মসিদি।
অঙাংবা ঈখেঙনা চাইথরকপদি
তর্পন হৈশোয়গী মহুৎলা
ঈনা ঈরম ফাত্তুনা
করিগী চেন্থহল্লক্লি তুরেলসিদা।
অঙাংবা ঈনা ফাজিনবীদুনা
ইনীং তম্মসু চেন্থঙমদ্রে
ঈথক ইপোমসু হৌঙমদ্রে
ঈগী ঈচেল'মনা থৎচিল্লক্লবদা।
খঙঙু হে মীওইবশা
অপূনবা ওইবা নুংশিনবগী
নুংশিগী ঈচেল চেন্থমিন্নবদি
তুরেলগী ঈচেলসু য়াওজগে।
অঙম অঙম হাৎনবগী
ঈগী ঈরম ফাৎথরক্লগনু
তুরেলগী ঈচেলনা কপ্লক্লে
হীক্লা হীক্লা কপ্লক্লে।

## মচা কায়নবগী মৈচাক

মচা কায়নবগী মৈচাক
মৈচাক'মা মৃৎলু য়াদ্রিঙৈ
মচা অনী কায়নবগী
মৈচাক্লা মৈজ্রাও হৌরক্লে।
ইমাগী ইবুংঙো হায়জদ্রে
কৌবগী খোঞ্জেলসু থোক্লে
তেংথাদুনা অমুক কপচদ্রে
কপ্পগী পাঙ্গল য়াওদ্রে।
হান্না চৎখ্রববু কৌগদ্রা
কোন্না চৎখিববু খামগদ্রা
কৌফমসু খঙদ্রে মমাদি
খাম্বসু ঙমহৌদ্রে মচা'নীবু।
শোকথরবা মমাগী থৱায়না
খোঞ্জেল থোক্লা কৌঙমদ্রবসু
থৱায়গা হকচাংগা পুল্লিবনা
মীৎলুগী পিরাংদি লেপ্লাইদে।
লৈয়েং ফাইনা তপ্লা
অঙাওবীগী চোইরোলগুম লোল্লকই
ইচাগী মশকসু উফংদনা
ঐবু অসুম লৈরগদ্রা?
ইচাগী মশক উহনবীয়ু
ইচাগী মায়থোঙ য়েংজগে
লৈত-লায়র কোক্লবা
নোংমগী চরা তানবা চৎখিবনি।
ৱারুবগী চেস্তুরকপা হুমাং
মমাগী ফিজিনা তৈথোক্কদগী
মচা হল্লকপবু ঙাইহিরি
য়েংঙল্লিবরনে মীওইবা মমা ওইবীবু?

## ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা

ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা
ইবুংঙো নঙবু কদায়দনো
ইমাবু অমুক লক্নরগনু
থোক্লক্লো ইমাগী মাঙদা।

মৈনুংদা চোংশিনবসু য়ারোই
মালেম লৈরোম্নুংদসু চঙ'য়ারোই
তুরেলগী ঈচেলদা তাউথ'য়ারোই
অশূকপা জঙ্গলদসু মাঙখি য়ারোই।

ইচাগী নুংশিরবা খোঞ্জেল
তানিংলে ইমানা খোঞ্জেলদুবু
ইচাগী মায়থোঙ উদনা
ইমা লৈবা ঙমদে।

ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা
শাহীং চাবগী লাংদা থুদ্রিঙৈ
ইমাগী নাক তম্লক্লো
ইমানা চেৎনা কোনগে।

ইমাগী ইতম্বাক্তা লৈরিঙৈ
তমথীরবা শা-কৈনা
ইচাবু শেৎতুনা চাঙল্লোই
চরা তানবা চৎপ্রগনু।

ইচানা ইমাগী মাঙদা
মোমোন নোক্লা লেপ্লদ্রবদি
ইমা হিংবা ঙম্লরোই
লাক্লোনে ইমাগী ইবুংঙো।

লাক্লো লাক্লো চেল্লকহৌরো
শাহীং চাবনা লান্দারক্কদৌরে
ইমানা ইচাবু ঙাইহরিয়ে
ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা।

## ইচা হল্লকপা ঙাইখিনি

ইচা হল্লকপা ঙাইখিনি
ইচা হল্লকপা ঙাইখিনি
ঐগী ইচা হল্লকখিনি
ঐগী ইচা হল্লকখিনি।

ঐগী ইচাদি মবম ওকপনি
মচে মচল মনাওশিংগীদমক
নোংমগী চবা তানবা চৎখিবনি
হয়েংগী তুংগী য়াইফনবগীদমক।

লানবা হৈজদবা ইচানি
হাৎন-শুনববু পামজদবনি
শাহীং চাবা ঙমদবনি
মনা মশিংতবু চাবনি।

চাবা মচেৎ চা
তূম্বসু তূমশিৎ ফাদা
মপাঙ্গলনা শুজবগী হুমাংমলনা
য়ূমগী অৱাৎপা মেঞ্জবনি।

অৱা-পোৎলূম পুবদা
ৱারবা ঐগী ইচানি
মফম কদায়দবু পোখারিবা
হৌজিক ফাওবা লাক্তরি।

পঙৱেদা ইমাগী ইবুংঙো
কদায়দবু পোখাদুনা লৈবিবা
মতম ফরবসু মী ফৎনদে
য়ূমদা পোখাররো লাউনে।

ইচা হল্লকপা ঙাইখিগনি
ইচা হল্লকপা ঙাইখিগনি
ঐগী ইচা হল্লকখিনি
ঐগী ইচা হল্লকখিনি।

## মৈতৈ নূপীগী থৌনা

মৈতৈ নূপীগী থৌনা
উখিদবা কুইবনা কাউবমাল্লে
ইনৌ নৌনা উৎলসিবা
মৈতৈ নূপীগী থৌনা।

নংত্রগা ভূমিন্না লৈথোক্লসিবা
পাণ্ডবগী শক্লোন লৌদুনা
নমাঙ ইমাঙদা থোক্লিবা
থৌদোকসিবু অসুম্মক যেংলগা।

থা তবা নাউপুবক্লগা
ব্রানা ফংজবা ইচা
শাহীং চাবনা অসুম চাশিল্লকপসিবু
মখোয়গী চাকথাক্কীদমক পোক্লস্ববা।

মমা ওইবীগী লিংজেল
থৌনা পুথোকপা ঙল্লোইদ্রবী
মমা ওইবী ঐখোয়শিংবুসু
চাহনখ্রসি শাহীংচাবদা চাকথাক।

যেংঙমখিদ্রবা থৌদোক কযা
থোকখ্রে মশীং থীঙমদনা
উনিংদবা কযা কযাসু
উদুনতা লাকখ্রে ঙসিফাওবদা।

খাঙঙমদ্রবা কয়া খাঙলক্লি
থম্মোয়দা খৃৎতুম শুদুনা
অদুবু পূম্নমকশিং কাউথোক্লগা
নুংশি চান্নবা লৈমিন্নবসি।

মালেম ইমাগী তম্পাক্তনি
মীওইবা ঐখোয়না লৈবিবসে
ঐখোয় মশেল য়ান্নবদগী
ঈখেঙ মালেমদা তাহল্লগুমসি।

## হিংননবগী লম্বীবু কদোমদনো

হিংননবগী লম্বীবু কদোমদনো
হিংননবগী লম্বীবু কদোমদনো,
মফম কদায়দবু লৈরিবগে
হিংননবগী লম্বী অমা।

মাঙপাংনা চৎলে লৈরম্মী
অশিবগী থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাং,
তুংলোমদা চৎলে থেংনৈ
অকিবগী শক্লোন কয়া।

অব্রাংপাংনা চৎলে ঙাইরম্মী
তম্নরাই ময়াম অমনা,
মখারোমদা চৎলে খংপ্রেক
অশিবা ময়াম উরুবদো।

উপায় থিবা তোক্লগদ্রা
চাদদুনা শিবা তারিবরা
হিংননবগী লম্বী খূদিংমক
শা কৈনা থৎখ্রে।

অসুক চাওখৎলবা মতমসিদা
থব্রায়বু মমল লৈতনা
অদুম্মক পংশিদা শিরগদ্রা
হাৎহল্লদ্রা ঐখোয়বু হিংহাত্তা।

চাওখৎ চাওখৎলকপা হেনগৎলক্লগা
অশিবগী চাংসু হেনগৎলক্কুনা
চাওখৎপগী মাঙওইননা অশিবনা
মাঙ থাদুনা চৎখ্রগদ্রা?

হিংননবগী লম্বীবু কদোমদনো
ককঙাওনরে মীওইবা ঐখোয়
অব্রাবদা অব্রাবা ওইরে
হিংননবগী লম্বীবু কদোমদনো?

## কনানা লাল্লিবনো, কনানা চুন্নিবনো

কনানা লাল্লিবনো— কনানা চুন্নিবনো
অমসু লান্দে— অমসু লান্দে
অমনসু চুম্মী— অমনসু চুম্মী
অনীমক চুম্মী— অচুম্বা ঙাক্তনি।
অবানবা হায়বা অবানবা লৌথোকখ্রগা
অচুম্বখক্তং ওইহনসি অচুম্বদা লেপসি
অমসু শাউবনু অমসু তপথবো
ঐখোয মযাম পূন্না পূনশিন্নবসি।
অঙাং মচা পূন্না শান্নমিন্নবগুম
ঐখোযসু শান্তিগী ৱাবী শানসি
শানবদংসু নত্তে— ৱাখল খন্থমিন্নসি
অচুম্বা পুখোক্তুনা শান্তি থম্লসি।
ঐসু অশেংবা শক্লোন অকনবা
নঙসু অকনবা শক্লোন অকনবা
অশোনবগী অশোনবা অশোনবা
চপ মান্নবা মীওইবা মশেলনি।
নখোয ঐখোয অসুম খৎনববদি
য়ূমথংনবা মী'খোয়না পেন্না নোক্লখ্রগনি
অশিংবনা ইনশিন্দুনা তোযনা খৎনবসে
ঐখোয় মশেল পঙবদগী ওইবল্লে।
খৎনবগুমসি ঐখোয খোযশাউনবগুমসি মীওইবশা
নখূৎ নখূৎতা পায়বিবা থাঙপাক্তো
চীংলোন ৱাংমদা লাপ্পা হুনদোকখ্রো
ঐখোয়গী লাউ খোংবসু লেপ্লগে।
পীক্লিবা নচা পীক্লিবা ইচাশিংগীদমক
তুংগী পুক্সিগীদমক অফবা খনমিন্নদুনা
অনৌবা আশাগী যেন্নীং হুনবীরসি
অকি-তুজুং পাখৎ মিপাইহল্লগুমসি।

## অনৌবা চাক্লাম খোঙচৎ

অনৌবা চাক্লাম খোঙচৎ
চাক্লাম খোঙচৎ অমা চৎলসি,
চাক্তি চাদনা চৎকদরা
ঐখোয়দি চৎপা ঙম্লোই।
কৰিগী ঙম্লোইদৌরিনো ইচাশা,
কম্মায়না ঙমগদোইনো ইমা
চাক লাম্বনা পূক তৎলে
লম্বীদা ৱাম্বরদি কম্মাই তৌদোইনো।
ৱাম্বরগা ৱাম্বরেদনা কমদৌনি
য়ূমদা লৈরসু লাম্লদবা
লম্বীদা চৎলসু লামদৌরবা
লাম্বে লাম্বা মান্নদ্রে।
চাক থোংঙো ইমা
চাক চারগা চৎলসি,
চাক থোংনববু লৈরবদি
চাক্লাম খোঙচৎ কৈদৌ চৎলুদোইনো।
নহান্না খূদক্কী ঈরাংদুদা
পোৎসু য়োনফম খঙদনা হল্লক্লে
ঙরাংনা বন্দ ওইবনা
ইমা কৈথেল কাদ্রে।
অরেবা মখৈসু চাথোক্লে
ঙসিনা জেনরেল ষ্ট্রাইক
য়াদে হায়বা খঙহন ঙমদবা
মশীং খীঙমদনা থোকহল্লিবা।
অপঙবা কনানো থিরুরসি
ঐখোয়গীসু দাবী'মা তালহৌরসি
অনৌবা চাক্লাম খোঙচৎ
চাক্লাম খোঙচৎ অমা চৎহৌরসি।

# অইবা অমগী নীংঙমদবা

অইবা অমগী নীংঙমদবা
অদুক্কী মতীক নীংঙমদে
ফোঙদোক্কদনা করিবু কান্নরুগনি
ফোঙদোক্তবসু য়াদেদো মীয়ামদা।

পামজরুবদগী ইজবা অইবা
মীয়ামদা খূদোল তমজগদবসু
চেনা ওইনা চাই'য়াদবনিনা
লেপ্তুনা খূদোলসু তমঙমদে।

ইররোই খন্দুনা লেপ্পুরসু
ব্রাখলনা হেক্তা য়ারক্তে
অঙৌবা চেবাংগী মথক্তা
কলমগী মুকহীনা তাখি।

ব্রাখলনা তত্তনা হায়রকই
অইবা নঙগী ননাক্তা
কোয়শিন্দুনা পৈদুনা লৈরিবা
ময়েকশিংসিবু মালঙদা তিলহনখ্রদরা।

মদুসু য়াঙল্লোই য়ানিংদে
অইবগী খূৎ য়াওদনা
ব্রাখলগী ময়েক্লা করম্লা
চেনাথক্তা খূত্তুনা ইবীয়ু।

নাকেন্থা অমা লোইখিদুনা
অনৌবা য়েন্নীং লাক্লি
লোইখ্রবা নাকেন্থা লাক্লরোই
ব্রাখলগী ময়েকপু মাঙহনগনু।

অমম্বা মীওইবগী লম্বীসিদা
ময়েক্লা মঙাল পীঙল্লোই
শেল য়াওদ্রদি য়াদবনিনা
অইবা ময়েকশিং অদুম্মক।

## মৈতৈ কংলা লাইফম

মৈতৈ কংলা লাইফম
কয়াদা নীংথিজনা ফজখ্রবা
য়েংবদা পূক্লিং হূরবা
ফজবগী মথেল'মসু য়াওরক্লে।

অসুম্না ফজরকনি হায়বা
থাজবা লৈরুদে মফমসে
মফমসিগী অকোয়বদা ঙসিদি
অশোংবা হায়বদো লৈত্রে।

ইবুধৌ মহাক্কী শঙলেন
নীংথিজনা শঙলেন পুথোক্ত্রিঙৈ
মচা মশু ওইবশিংনা
হান্ননা অকোয়ববু শেংদোক্লি।

হায়ফম খঙদনা ফজরে
হায়নীংঙাই লৈতনা থাগৎলি
ইবুধৌনা হরাও তয়াম্না
পাইমা পূক্লিংবু পেনবীসনু।

থাবুম মশীং থীঙমদা
চহী লীশাং শীৎনা
নরক মোংশোং মরক্তা
ইবুধৌনা ব্রানা লেল্লকখিবা।

ঙসিদি পূম্নমক কোক্লবনিনা
কংলা পূং মথক্তগী
ইবুধৌনা মীৎয়েং শাংখৈরকপদা
পূম্নমকপু ময়েক শেংলল্লগনি।

নুমিৎ থানা লৈরিমখৈ
ইবুধৌনা চানবীবা ওইসনু
অকোয়ববু তরু তনানহল্লিবা
খ্বায় পূম্বা পূম্নমকপু।

ঐ শৈরেং ইখিনি/

## চাক এঞ্লাং ঈশিং

চাক, এঞ্লাং, ঈশিং
হিংবদা যাওদবা যাদবনি
ফৌদগী চেঙ ওল্লি
চেঙদগী চাক ওইবকই।
এঞ্লাং, এঞ্লাং'মা থোংবদা
এঞ্লাংদনা এঞ্লাং ওই'য়াদে
মখল কয়ামকম চঙঙি
মখলশিংদু লৈদ্রদি ফংদে।
ঈশিং, ঈশিং থকপা
পঙথক থকপা যাদেদো
মখল মথেল য়াম্মী
অবৈবা ঈশিংনা হাউই।
ফজবা ফিজোল শেৎলবসু
ইনাক ফনা খুল্লবসু
লায়ব-অনং খাযদে
চাক, এঞ্লাং, ঈশিং।
চখোম খৃদিং হূকপদা
হাউতে হাউতে শুগৎলিবা
চাক্কু হোংই অদুননি
অতাঙবা চাক চাউ।
শেল যাওদ্রদি য়াবোই
শেল হান্না তাল্লু
অহাওবতবু হাউনা চানবা
চখোম খৃদিং শুগৎতনবা।
তানবা তল্লি হায়বা
তানববু তল্লবা ফংলবোই
য়াওবক্লোই শীৎলক্লিবা নুংশিত্তা
চাক, এঞ্লাং, ঈশিং।

## মীংচৎ

অফবা থবক তৌবগী মীংচৎ
ফত্তবা থবক তৌবগী মীংচৎ
মীগী মপোৎ হূরাল্লুবগী মীংচৎ
লমচৎ শাজৎকী বদনামগী মীংচৎ।

মীংচৎকী মীংচৎ ঙাক্তনি মীংচৎ
মীংচৎ মখল য়াম্মী, মীংচৎ
ইরাই লায়না ফংবা মীংচৎ
য়াম্না ৱানা ফংবা মীংচৎ।

লায়না ফংবা মীংচৎ পাম্লনু
ৱানা ফংবা মীংচৎ কল্লকটৌ
অঙানবা লম্বীদা শেংনা চৎলু
অফবা থবক্তবু তৌরবা মীংচৎ।

অপাম্বনা মাঙওইনা, অনীংবনা তুংইন
খনগদবা'মত্তং খল্লু, তৌগদবমা'তমক তৌ
হোৎনৌ, হোৎনবগী মখাসু পোনবনি
ফংলক্কনি হোৎনমলগী মহৈ, মীংচৎ।

মীংচৎতি পাম্বা ফংগদবোইত নীংবা
নীংবতমক নীংবা হোৎনবদি য়াওদবা
কৈদৌনুংদা য়ারোই, ফংলোই মীংচৎ
অরেম্বদা লৈথোক্কনু, মাঙহনখিগনু মতম।

থৱায়নদি পামজবা, পামজবদগী হোৎনজবা
হোৎনখৎলকপগী অৱাবা, হোৎনজমলগী মহৈ
অৱাববু উবীররোই হোৎনজমল ফংলরোই
হান্নমা পাখৎলুনু শোম্ভুরকখিগনু ৱাখল।

ৱাবগী ৱাজরকপা হোৎনজবা হোৎনকনৱা
থাজরুদবা ৱাখলগী ৱাখলদুগী ৱাংমদা
থাজদনা ফংলকই অফবগী মীংচৎ
অঙকপনি অঙকপা অঙকপগী মীংচৎ।

## লাইনা থাদরক্লোই সোরালেন্দগী

হে কতন অপঙবা
পঙবদগী পঙবা অপঙবা
নঙগুম লোইনা পঙলবদি
লৈবাকসি করি ওইনি।

কতন ঐনা পঙবা
ঐনা পঙববু কল্লকপনা
নখোয়সু পঙনিংলগা পঙঙু
লৈবাক্কা মরী লৈনদবনি।

করিগী মরী লৈনদনি
ঐখোয়না লৈরিবসি লৈবাকসিদনি
চৎলিবা চারিবা পূম্নমক
হিংলিবা ব্বারিবা লৈবাকসিদনি।

অদো কৈদৌরগে হা
ঐবু কৈদৌ হায়বনো
অমা হেক্তা হায়য়ু
ঐ মুন্না তারগে।

হে কতন অপঙবা
পঙবদগী পঙবা অপঙবা
হায়রগে মুন্না তারোকো
তাবদংনা য়ারোই কাউগনু।

মতমসে য়াম্না তাঙবনি
নোংমা নোংমগী হৌখিবনি
হৌখিবা লোইখিবা খঙহৌদবনি
মতম্না থবকপু ঙাইবীরমদবনি।

পঙগনু অপঙবা শিংঙু
হোৎনগদব্বা মতমদা হোৎনহৌদনা
নীং থুংদে পেন্দে হায়দুনা
তানগনু দাবী নমা-নপাদা।

## কৈথেল লাইরেম্বীগী মশাইকোল

কৈথেল লাইরেম্বীগী মশাইকোল
নুপা নুপী খাক্তনা
অঙাং অহল খাক্তনা
জাৎ বিজাৎ খায়দনা
পূম্নমক্কী পূনফম ওইরিবা।
কয়াদা নীংথিনা ফজরিবা
অঙকপগী অঙকপা, অঙকপনি
চাংদম্নিংঙাই অমা লৈতে
মফম মফম খূদিংদা
অনী শুনা লৈতে।
অরাপ্পা অনকপা থাপ্পবদগী
মহৈ মহৈ লাক্লরি
নোংমগী চরা তানবা
লায়র-অনং খাক্তনা
উপায় থিনফম ওইরি।
কৈথেল লাইরেম্বীগী মশাইকোল
অঙকপগী গুণ চেল্লি
মশাইকোলদবু য়ৌরক্লবা মীওইবা
অৱাবা ৱাখলবু কাউথোকহল্লি
অৱাৎ অপাতবু পীবিদো।
লাইরেম্বীবু থম্মোয়নুংদা নীংজরবা
মশাইকোন্দা অরানবা তৌদ্রবা
পূকচেল শেংনা চৎলবা
পোৎশিং হেন্না ফহল্লি
তরেৎকী শেঙ্গা ফংহনবীদো।
পেরুক কেংঙোয় য়েল্লাং
নুমিৎ খূদিং য়োল্লম্মী
লৈত-লায়রনা ঙাওরবী

মীওই কয়া কয়া
লাইরেম্বীনা চাল্লবদা অৱা কোকখ্রে।

চৎসি লাউ নখোয়সু
নখোয় ঐখোয় ময়ামগীনি
হিংনবগী উপায় থিফমনি
হিংনবগী লম্বী অমনি
কৈথেল লাইরেম্বীগী মশাইকোন।

## বন্দ

বন্দ, বন্দ, বন্দ
মখল কয়াগী বন্দ
থৌদোক কয়াগী বন্দ
ৱাথোক কয়াগী বন্দ
হীরম কয়াগী বন্দ
মরম কয়াগী বন্দ
ৱারী অমগীসু বন্দ।

নোংমা বন্দ তৌবনা
কয়া য়াম্না মাঙই
খঙনরবা ৱাফম ঙাক্তনি
অমুক হায়দ্রসু য়ারবা
অদুবু হেক্তা হায়নিংই
হায়ররোই য়াদে ইচীনসিনা
করিগী হায়নিংলিবনো খঙদে।

নোংমগী চরা তানবা
তান্দ্রগদি উপায় লৈতবা
নীনি শুনা লেপ্লবদা
তৃম্বা হীপ্পা য়ারক্তে
নোং ঙানবগা ঙাইঙল্লক্তে
ৱাখলনা লাঙ্গোই চল্লকই
মীৎলু পিরাং ঈহৌরকই।

বন্দ নঙনবু বন্দ ওইরবা
পৃথবগী পৃথবা, পৃথখি
অতোনবগীনা তোনবা হেঙ্জিনখি
শিংদা য়াদ্রবসু শিংঙমদে

কনা লাক্কুনসু উবিরদে
ইথন্তা ৱাজবা নত্তনা
মীয়ামগীনি উপায় লৈতে।
বন্দ নঙ খঙঙুকো
ঐনা ৱারিবা অৱাবসে
ৱাহনগেসু বন্দ নঙনা
চরা হেলহল্লোই বন্দ নঙনা
পূম্নমক নঙোন্দা লৈরে
বন্দ নঙ লৈরনুবা
নঙবু কৈদৌ লৈরম্মিনো।

ঐসু মীয়াম চিংবনিনা
বন্দ কয়া কয়াদা
নোংমগী চরা তালহৌদবদা
তোনশিল্লবা মীগী শেল
মাঙজহৌবা মাঙখিবা মতমগীদমক
ঐসু বন্দ কৌরনি
অঙম্বগী মথক্তা বন্দ।

## চৈরাক

চৈরাক চৈরাক চৈরাক
করিগী চৈরাক্লো পীবিরিবা
হকচাং পূম্বা পোপ্লে
খাঙবগী পাঙ্গল লৈরক্ত্রে।

খাঙবা ঙমদনবগী চৈরাক্লি
নথৌনা হন্নবগী চৈরাক্লি
নথব্রায় মাঙবা পাম্মুরবদি
তৌরিবা থবক্তু তোকউ।

নরোল থোক্তবসু নত্তে
ব্রাহ্মেনা হায়বীবা য়াদবরা
চৈরাক্লা ব্রাহ্মে ওইবদি
মতু শোনবদা শীংনবনি।

নখূৎ হনবা ঙল্লরোইদবা
করিসু ওইদবা নঙনা
ঐঙোন্দা পাউতাক পীবদি
হেন্নদুম চৈরাক ফংনিংবরা।

ইখূৎ হনবা ঙমদ্রবা
করিসু ওইদবা ঐনা
পাউতাক পীজবসু ইতীক নত্তে
ইচীন ইনাওনি হায়জবনি।

হে করিসু ওইদবা
খোঙথাংদু থুনা হন্দোকখো
চৈরাক মশীং থিনিংলগনা
খোঙফমদু অদুম্মক লেপ্লু।

পীরো পীগদবা চৈরাক
চৈফম মমি কোক্ত্রিঙৈদা
অঙম্বগী হৌনশানি খন্না
ওন্না থোইনা খাঙলগে।

নথৌনা লৈবা থৌনা লৈবা

খাঙবা কনবা অকনবা
খাঙঙুকো নঙ ঙম্বমখৈ
পীদবা য়াদে চৈরাক্তি।

## য়েক্লবা

য়েক্লবা হায়বা য়েক্লবা
করিগী লৈরম্লি নহাক
লৈতবা য়াদবগী লৈরম্বরা
মীনা নঙবু শেম্বরা?

ঐনা লৈরম্বা নত্তেদো
নখোয় মীওইবনা লৈহনবনি,
হায়রিবা ব্রাহ্মেসিনবু চুম্লবদি
নঙ লৈরনু তাইবংসিদা।

নঙসু মাসু ঐসু
অশাওবগী মহুত্তা নোকমিন্নরসি
খৎনবগী মহুত্তা খন্নমিন্নরসি
নৈহৎনবগী মহুত্তা নৈনরসি।

হৌখিবনা হৌখ্রবা ওইখ্রবসু
লোইখ্রববু অমুক লাকহল্লরোইসি
নীংশিংনরগুমসি মখল মথেলশিং
কাউথোক্লরসি থৌদোক পূম্বা।

অনৌবা আশা শাগৎনরসি
অনৌবা য়েন্নীং হুন্নরসি
ঐখোয় ময়াম পূন্না
অঙানবা লম্বীদা চৎমিন্নরসি।

নুংশি চান্নরা লোয়নরসি
অমত্তা ওইবগী শক্তাক্লসি
মীনা মীবু ইকায় খুম্নরসি
চাওখৎপগী লমজেলদা মাঙ থারসি।

হুন্দোকখ্রসি লাপ্না হুন্দোকখ্রসি
লৈহল্লরোইসি ঐখোয়গী ইরক্তা
অশাওবা, অমাংবা, নুংশিনদবা
থল্লগুমসি য়েক্লবা অমা।

## ইকায়গনু

হে লায়রবা ইকায়গনু
ইকায়বা হায়বা ৱাহৈদুদি
মীগী মপোৎ হুরাল্লবদদা
ইকায়বা হায়বদো ইকায়গদবনি।
ইনাক খুনবা খুদিংমক
লায়রনা হৌরকখিবা ঙাক্তনি
লায়রবা মী লৈত্রবা
ইনাক খুনবসু লৈরম্লোইদবনি।
ইনাক খুনবা লৈবগীসু
লায়রবা ঐখোয় লৈবনি
লায়র-ইনাক খুনবা
মচিন মনাওনি হায়নরিবনি।
নাপীগী মপান কৈনা তাং
কৈগী মপান নাপীনা তাং
চপ মান্নদ্রা অনীমক
খেন্নবা করিবু লৈবগে?
তাইবংগী পুন্সি খোঙচৎনি
মথং মথং লাকপনি
অহান অকোনগী ৱাতনি
ইকুই কুইদবনি অদুম্মক।
নুংঙাইবনা অৱাবা খঙদবদি
অৱাবগী শরুক লোইখিবননি
অৱাবনা নুংঙাইববু কল্লকচবদি
অমুক্তং নুংঙাইজগে কল্লকচবনি।
অরৈবনা লৈতবদা পীনিংদবদি
লৈরমদবদগী লৈরকপদুদা পাম্মুজবনি
পীনিংলক্তবগী ৱারৌরুগনু লায়রবা
লায়রবা নঙগীসু লৈরকখিগনি।

## লানলৈমা

লানগী লানলৈমা ইমা
ইম্ফাল ময়োন্দা লৈরিবী
পাক্লবা ইম্ফালগী ময়োন্দা
সনাগী থম্বালগুম শাৎলিবী।
নীংথিরবী ইমা লানলৈমা
ইমাগী নগুণদি অঙকপনি
ইমাগী লৈরাংগী লৈনম
লৈনম ফংজবদা অব্রা কোক্লরি।
ঙসিগী মালেমদা লৈরিবা
মীওইবা ঐখোয় পূম্বা
ইমাগী নতেং য়াওদনা
ঐখোয় অমত্তনা ঙমদে।
ইমাগী নতীক অথৌবনি
ইমাগী শক্তিদি অহেনবীনি
ইমা য়াওদনা তাইবংনা
লানবু লানঙমদে মায়পাক্তে।
তাইবং মীওইবগী থম্মোয়দা
খঙহৌদনা ফাওরকপা ব্রাখল
অফ-ফত্ত কয়ানা
হৌরকপা লালহৌ খূদিং।
ইমাগী নতীক্লা থেমজিনবীয়ু
ইমাগী শক্তিনা খামজিনবীয়ু
ইমাদি ইমানি পূম্নমক্কী
লানগী লানলৈমা ইমানি।
ইমাগী লানগী লান-ফিজোল
হোংলো অতোপ্পা মচু
মচুগী ফিজোল শেৎলো
লানগী লানলৈমা ইমা।

## খোল্লাউ

তাবিয়ু খোল্লাউ তাবিয়ু
ঐখোয়গী খোল্লাউ তাবিয়ু,
নখোয়না তাননবা লাউরিবনি
নখোয়দনি ঐখোয়না লাউরিবা।
পীয়ু ঐখোয়গীসু হক
ঐখোয়সু মীনি মী,
পোক্লবনিনা শিবসু য়াদে
শিবা য়াদবগী হিংলিবনি।
ফীভমসিদা অদুম্মক লৈহনগনু
ঐখোয়বু থেমদমক থেমগনু,
ঐখোয়গী অপাম্বা পীয়ু
ঐখোয়গী খোল্লউ লেপ্লগে।
তারে ঐখোয় তারে
পূম্নমক লোইন্না খঙলে
শাউরনু অমত্ত নখোয়
লেপ্লো নখোয়গী খোল্লাউ
অপাম্বা মখল অমমম্লি
অমগা অমগসু মান্নদে
নোংমদা পীবদি ঙল্লোই
নখোয় খরদি ঙাইখো
ঙাইখো ঙাইখো কয়ারক
ঙাইহন্দুনতসু লাক্লি ঙসিফাও
ইনাদদং পংতা তাহল্লি
ইমীত্তদি অমত্তসু উহন্দে।
রেদিওদা কয়ারক পীপ্রে
টি ভি পাউদসু উৎপ্রে
রেদিওদা অদুম পীরদ্রা
টি ভি পাউদদা উৎ লৈরদ্রা?